# তাইবঙ যাত্রিক

লেখক—

এন, ইবোবী সিংহ

নাগ মপাল, ইম্ফাল।

[ খত পুম্নমক অইবগীনি ] মমল লুঃ ১.৫০ নঃ পৈঃ




ফোংজবী :—

কুমারী পুষ্পলতা দেবী

নাগমপাল ইম্ফাল।

ব্লোক য়েকপা :—সি ঐচ, অচৌবা সিংহ

শিংজুবুং লৈরক, ইম্ফাল।

অহানবা ফোঙবা

কপি ১৫০০

ডিসেম্বর ১৯৬২ ইং



ফংফম :—

লাইরিক য়েনবা তুকান পুম্নমক

নম্ফম :—

ইণ্ডষ্ট্রিয়েল প্রিন্টিং ৱার্কস

ইম্ফাল।

## 'ৱাহৌ'

বারুণী চীংগী মশক ওইরবা তাইবঙ অসিগী লম্বাগী মতৌ ওইরবা পুন্সি অসিদা মখল মখা অয়াম্বা তাইবঙ যাত্রিকশিংনা য়া য়া নিন্দুনা চৎনরি। পুন্সি লম্বেনগী লমদাং কয়ামুক্তা ঐখোয়না থেংনরি তাইবঙ হেল্লোয় তরাক—নুংশি নুংঙনবী, মিহোৎবী, কল্লক কঞ্জাউবী, অশাউবী, য়াইকাবী অদুগা নুংনাংবী। লাইরিক মচা অসিদা হায়রিবা ননাইশিং তরাক অসিগী মরমদা শম্লপনা থরদং নৈনজরি।

হায়জনীংবা অমনা—লাইরিক অসি থুংই ওইনা লৈরিভৈদা মণিপুরগী এড়ুকেসন ডিরেক্টরেটকী চহিগী কমপিটিসনদা থাগৎ-চরুবনি। ৱারী লীজরুবগী মনা, লাইরিক নমনবা শেনগী মতেং; মরাং কায়না পীবিরক্লে। সাহিত্যবু পুক্নীং থৌগৎপিরিবা পুকচেল চাউরবা এড়ুকেসন ডিরেক্টরেটকী মফমদা পুন্সিগী লমন তোনজরবনি।

ইম্ফাল,
তাং ২৫।১২।৬২ ইং

—লেখক

# কচ্চবা

নোঙ্গাথ্রবা মৈতৈ কবি
চাউবা কমল অনীগী
মফমদা কচ্চরি তোল্লবগী
তাইবঙ যাত্রিক ।

# তাইবঙ যাত্রিক

## "চোংখোঙগী দৃশ্য"

মশক অমত্তুনা শক্লোন চামা পুরিবী সংসার অসিবু তোঙান তোঙানবা মীওইনা তোঙান তোঙানবা শকফমদা উনরি। স্বামী বিবেকানন্দনা লাউরি—"মীওইবা! কর্ম্ম তৌ। সংসার অসিদা লাক্লবদি জীবগী কান্নবা তৌরম্মু। মালেম অসি কর্ম্মস্থাননি। কর্ম্মযোগ তৌহুনা অরান খুবম তাল্লু। হকচাং অসি লৈপাক্কি লল হায়বসিস্মু কৌশীংনি, পুন্সিগী পন্থুংদি অরান খুবমতনি।"

কবিশিংনা অমুক হায়রি— "তাইবঙপানবা অসি মপুগী লৈকোল্লি। মীওইবা ঐখোয়না লৈকোল অসিগী খোইনীংনি; লুংভাইয়ু, নোকউ, মপুগী কোল্লোয় শকউ। মীকুপ অমত্তগী পুন্সিদি তাইবঙ লৈকোনগী ফজবা য়েংহুনা থরাই পেন্নহুম লৈথোকউ।"

হুরানবা, মীহাংপা, মীনম-শোরিবা, মশাদা ধর্ম্ম হায়বহু মচেং অমত্ত পকখিদ্রবা মীওইশিংনা অমুক উরি—"সংসার অসিদি হুরানপোৎনা থল্লবা অরাং-অপা লৈত্রবা লনগৈনি।" মখোয় অসিনা মী কয়া হাংপদা মশাদা তুজুংবা পোক্তি; পাপকী থবক কয়ানা পুন্সিগী মথৌ ওইহ্নুনা লেল্লি।

ব্রহ্মানা চহী কোটি কয়া তোপ তৌবদস্তু ফংখিদ্রবা মীওইবা মপোকনি হায়রিরি। অদুবু অমুকস্তু অমুক হুংঙাইখ্রবা মীওইবা মপোক অসিদা অরাবগী কল্লবা নোং হুংশিং কয়াস্তু অতৎপা লৈতনা শীৎলি। লায়রবা, লায়-না, অহল ওইরকপনচিংবা অরাবা মখল কয়ানা মীওইববু অতৎপা লৈতনা ওৎলি। অস্তুম ওইবা অরাবশিং অসিবু কিবদগী গৌতম বুদ্ধনা হুংঙাইরবা নিংথৌগী সিংহাসন থাদোক্তুনা চেনখি; চৈতৈন্যদেবনা তনৌ তনৌরিবী বিষ্ণুপ্রিয়াবু হুদোক্তুনা লোম্ন লম্বোইতনা চৎখি।

মীওইবগী অরাবা অসি মসিনস্তু লোইবা নত্রি। সমাজগী মনুংদা হুরানবা, হাৎন-শুনবা, মীগী মযুম মৈ থাবনচিংবা অরাবা মখল কয়া অমস্তু লৈরি। পুন্সিদা লৈথা তারবা সমাজনা য়েংথীরবা মী কয়া কয়ানা হুংঙাইরবা মীওইবা মপোক অসিবু ওম্বোক্ত লূম্নবা, পুবা ঙমদ্রবা পোৎলূম অমা ওইনা খল্লি। মখোয়না পুন্সি অসিবু পাক-চাউরবা নরককী কুণ্ডগুম উরি। মালেম অসিদা হিংনা হিংনা অইবগী হুংঙাইবা অমত্ত ফংবা ঙমদতনা যম নিংথৌগী য়োৎকী কল্লীদা ঙৌবগুম ফ্রুঙ ফ্রুঙ চোংতনা খাঙনরি। পাঙ্গল শোনবী মুপী অঙাং কয়া অমনা পৌবীগী মতেং লৌতনা যমগী লৈবাক্তা ৱাকৎপা চৎনরি।

মসিনা সমাজ অমমমগী রানি। সমাজ অমমমতগী ৱা নত্তবা, লৈবাক লৈবাক্কী ওইবা অমদি জাতি অপুম্বগী ওইবা অরাবা মখল অমস্তু লৈরি। ঙসিগী পৃথীবীদা ঐখোয়না উরি—লান; ভারতকা চীনাগা, হোলণ্ডগা ইন্দোনেসিয়াগা, রুসিয়াগা অমেরিকাগা;

নাকপাক নাকপাক, কাঙবু কাঙবু; কাঙজৈ ফানবীগী মতৌগুম মাগী মাগী লাম্বা লাম্বা চোংথোকনরি। ঈ থৌরাংলবা, ভোংশা পান্নবা নোংচুপকী অকনবা শক্তিশিংগী লাওজা রাকোল কয়া অমা নোংথক্লা থেক্ল থেক্ল পাইরি। মক্ষম মক্ষম থুদিংদা লানগী মৈথু মপৈ মপৈ; বেলগ্রেডতা, কটক্লাদা, হীমালয় চীঙ্গোল্দা লান— "খ্রাক খ্রাক, ফ্রেক ফ্রেক, দ্রং দ্রং, ব্রাং!" মতম চঙনা শেমগংল্লবা ফুরা দোলান্না ঙৌরবা সহর কয়া মীকুপ অমদা ভস্ম! প্রলয়!! মহাপ্রলয়!!!

পৃথীবীনা চাওখৎলকপগী মতীক লানগী লানওংসু তমথীবা হেল্লক্লি। হৌজিক্কী বিজ্ঞান হৈরবা লৈবাকশিং অসিনা অনৌ অনৌবা থুংলাই পুথোরকপগা লোয়ননা প্রলয়সু অসুম অসুম নকশিল্লকপগুম ঙৌরি। মৈতৈ পুরানগী লৈবাক্লা দোশী ওইরগা ঈশিংনা থাউ ওইহনা চাক্লনি, ইনৌ নোনা মালেম লৈশেমগনি হায়বা অহ্ন ইকুইবু কুইদনা থোক্লবা য়াবগী ফীভমদা লাক্লি।

মীওইবগী অরা-অনা কয়া, নীংবা থুংদবা কয়া, লান কয়া অসিগী হৌরকফম ওইরিবা রাকম পুন্নমক অসি চাউরবা মৈকোম অমদা পুল্লপ পৈশিল্লগা মথক্তা শকই চেকশীং কয়া মথং মথং হেক লোনথত্তুনা ওমশিল্লগা প্রেট্রোল হৈজিন্দুনা যজ্ঞ হেক তৌথোকপা য়াবগুম্বা ওইরবদি ওল্লোক্ল কল্লক পেনগ্রনিদা!

রাখল অসি তৌদুনা হৌখিবা বাক্লনি হুমিংকী অহীং অঙ্কদা ঐশু মীকপ মচা অমত্তং পোথারগা বাক্লনি থুরুমলুগে হায়দুনা হেক হীপথরম্মী। ওল্লোকপা হায়'দুনি; বাক্লনি মহাদেবনা ঐগী পুক্লীং

খঙবিরদুনা লেপ্প থৌজানবীববু ওইরিগদ্রা, কনাগুম্বা ভানমু-লাইমু ফত্তবা অমনা মঙলাক্লহনগে হায়দুনা মঙ্গেম্ববু ওইরিগদ্রা, ঐনা উরোন-উরোন তৌথরকপা তাঞ্জা অদুদা কনানো অমনা ঐবু নোং খাকপগুম কৌদুনা হায়রকই—“হাই, ভাইবঙ অপঙবা ! নমান্নবা পূন্নমক্তি ঙসাইনা চীংদোল লোমদুনা মহাদেবগী থুংম য়েনখ্রে। নংদি হৌজিক ফাওবা কৈদৌরি, চৎলুনহাই !”

* * * *

খুদক অদুদা ঐনা নোংদোল খেৎন রাংলবা চীংজাউ অমা উরম্মী। অমুক্তোইনা চীংনা মরোল মরোল হেক লোল্লদুনা ইরাং রাংনা ঐগী মাঙ অদুদা খিল্লদুনা হেক লৈবগুম ভৌই। চীংজাউ অদুগী চীংমায় অদুদা লম্বী অমসু থেক্ল থেক্লদুনা চীংদোল লোম্না 'সুম হাইগৎখিবা উরম্মী। চীং অদুগী চীংখোঙ অদুদি মীনা ফীভৌ হেক ফৌরদুনা ইরাঙ হেক লাঙঙম্মী। অমুক্তোইনা কদাই কদাইদগী মীনো কৃক কৃক হেক ইন্নরদুনা চীক্ল-চায়নবা য়েৌনা হেক ঙম্নমদে। নীপা কাঙবু, নুপী কাঙবু, ফীভৌ ঙাক্ত শেৎপা খুৎ, ফীঙাংঙাক্ত ইনবা কাংলুপ, মরূপ মরূপ পঙলাক্ত লাক্লম্মী। ময়াম অদুনা চীংমায় অদুদা খুরক হেক হাঙদ'মখৈ মরী মরী পঙকাদ কাখৎনরম্মী।

ঐনা খর লাপ্তক্ল লেপ্তুনা লৈপুংদা ককচেং কাবগুম নীংথিরিবা মীয়াম অদুদা মুম্ন য়েংদুনা লৈরম্মী। অংকপা মতৌনি ; অদুক য়াম্বা চীংলম্বী অদুদা কাখিবা মীশিং অদু কুম্নকপদি অমত্ত হেক মশক উদে। মী পূন্নমক মহৈ মহৈ পঙকাদ কাখৎনখি। য়াম্না

হেক ুকপা মতৌ অমদি—কাখ্রিবশিং অতুগী কনাগুম্বা অমনা চীংদোল হেক লোমখিবদা চীংখাদা লৈহৌবশিং অতু ঈশিং ঈথক চাউনা কারকপগী মতৌগুম মশীং জর হেক্ত হেনগৎলী। অমুক অমুক থংয়াম থংয়াম য়ানথৎলকপদা মীশিং অতু মহৈ মহৈ থেংজিন্নহনা পুনত্রে পুনত্রে হেক তুই। মীয়াম অতনা—"চৎথোকউহাই, চৎথোকউহাই; মী হেনগৎলক্কদোরে-হাই" হায়তুনা ইরাং হেক লাওনরম্মী।

ঐনা তৌথোক-ওইথোক্তবা মতৌ অত য়েংহনা ঙক্ক লৈরিঙৈ কাল অৎদা নীপা অমা ঐগী ইনাক্তা লাক্লম্মী। নীপা অসি মরেপকা মঙানগা য়েংনবদা মঙান্না ঙমতক তৌই; মকোক্তি পাক্তক তৌরগা পীশুমকাদি ইশুক হেক শুক্লহনা য়াম্না মগুন লৈনা উই। মহাক্কী ওইথংবা নাকল অহদা হৈবিনগুম্বা অমা য়াল্লী। মহাক্কা মত হেক হেক থাঙ্গত্তুনা মী ময়াম মরী মরী কারিবা চৌংলম্বী অহদা মমীৎ অত হেক শুক্ল শুক্লহনা মুন্ন মুন্ন য়েংই।

ঐনা য়াগী কৈরোয় লৈকাই মমিং মথা-নচিংবা হংবদা নীপা অসি '**অঙান লৈকাই**'দগী লাকপনি হায়। মখোয়ই লৈকাই অতুরাইগী মীশিংদি লোইনমক মমীৎ মরি মরি পাল্লী, মনা মরি মরি শুই হায়তুনা মহাক্কা ঐহোন্দা রারী তৌই। নীপা অসিগী মমিংদি '**রাখল**' কৌই। মহাক্কা ঐঙোন্দা হায়—"মরূপ! চেকশিল্লু; লম্বী অসি য়াম্নসু মুংঙাইবা য়াম্নসু খুদোংথীবা লম্বীনি। লমশাং অসিদা তমথীরবী হিংচাবী তরূক লৈবনি। মখোয় তরূক অতুবু লাম্থোক্তুনা

চৎপা ঙম্বা মীতনা মহাদেবগী খুবম য়ৌবা ঙম্মী। চীং অসি কাবদা হেদোই হেরাউ কাফদে, পুক্লীং মরা চেৎন য়াম্না খুবম য়েংনা কাগদৌবনি।"

ঐখোয়না থুনমক চীং অদু কাবা হৌগৎলম্মী। অহানবা চীংখোঙগী লম্বী মতেক থর অদুগী খোঙচত্তি হায়নিংঙাই লৈতনা লুংঙাই। চীংলম্বী অদুগী নাকল অনীমক্কী চীংনাপোমশিং অদুদা মখল মখা অয়াম্বা অঙৌবা, অঙাংবা, অশংবা, নাপুনচিংবা মচুগী লৈ অসি লৈখল হেক শুনা লমতুপ লমতুপ শাৎলম্মী। লৈশিং অদুগী লৈকাদা খোইমুশিংনা ঙংল-ঙংলদুনা হরাউনা লৈহৌ চুপ্লম্মী। লম্বী অদুগী মপান মপান্দা মনা পুঙলবা, মউ চুমত্রিং চুমত্রিং চুম্লবা উগী জাৎ অসিনা পরেং পরেং হৌরম্মী। উশিং অদুগী উশা কারক্তা খোঙম্মেম্লে, মেম্লে-লৈস্না, কাকলৈ, য়েরুমলৈনচিংবী উরৈ কয়ানা লম্বী অদুদা জুম জুম হেক হাইথরদুনা য়াম্না নীংথিনা শাৎলম্মী। উশাশিং অদুদা অঙাংবা, অঙৌবা, অশংবা উচেক মচা কয়ানা, হরাউনা চোংল-চোংলদুনা ঐখোয়বু তরাম তরাম ওকপগুম তৌরম্মী। ঐনা মী অমদা হংবদা চীং অদুগী মমিংদি 'তাইবঙ' কৌই হায়; চীংলম্বী অদুগী মমিংনা 'পুম্লি' কৌই হায়রম্মী।

---

## "অহানবা চীংথাঙ"

'রাখল' হায়বা ঐগী মরূপ অদুগা ঐখোয় অনীনা চীংগী ফজবা দৃশ্য অদু য়েংদুনা হরাউনা রারী শার শারদুনা 'সুম লাকপনা চীংলম্বেল অদুগী থূনীংথেক শাবা কোনা অমদা

থুংলম্মী। ঐখোয়না মফম অদুদা ঙাইহাক স্বর হোন্দোক্তুনা চীংগী ফজবা দৃশ্য অদু য়েংদুনা লৈরিবৈ কাল অদুদা ইখঙ খংহৌদনা চীঙ্গোল্লোমদা ঙ্রোং ঙ্রোং লাউবা লুম্নবা খোঞ্জেল অমা তাখি। নোং লাকপ্রা করিনো হায়দুনা ঐখোয়না মথকলোমদা য়েংথৎপদা অতিয়া'দু হাননগী মতৌগুম তশেং তশেং অহম মরৈরম্মী। খোঞ্জেল অদুদি হম্ন হম্ন ঙ্রোং ঙ্রোং ঙংলদুনা য়াম্না লুম্ন লুম্ন তারম্মী। করি মতৌনো হায়দুনা ঐখোয়না য়াম্না ওক্ন চীঙ্গোল অদোমদা অমুক য়েং, মরী মরী কারক্লিবা যাত্রিকশিং অদুদা অমুক য়েং তৌদুনা লৈরিবৈ কাল অদুদা ঙাইহাক লৈরগদি মথাদা কানরক্লিবা যাত্রিকশিং অদু রা রা কায়দুনা চেনখৎনরকই। কৈদোরে কৈদোরে হায়না হংনবদা মমিং হায়বা য়াদে হায়। ময়াম অদুগী মরক্তা নীপা অমা লাউর-লাউরদুনা চেনখৎলকই—"লৈবাক মচাশা! নংগী নংগী জীব হিংনবা নথরাই পুদুনা চেল্লো, 'পাথং' থুংগরে হাই।"

মসি তাবদা মুপী অঙাং য়াওরিবশিং অদু মহৈ মহৈ লাওনরকই—"হাই, হাই নাশা কমদৌনি? 'পাথং' লাকএ হায়ন হাই! চেল্লুন হাই, চেল্লুন হাই!" ময়াম অদু ইরাঙ হেক লাওই; চরাং মশা পাইবদুমঙাই, মহৈ মহৈ পঙচেন্দ চেন্নখি।

ঙাইহাক লৈরগদি চীঙ্গোল্লোমদা নোং মুংশিং লাকপগী মতৌগুম য়াম্না কন্না ঙংবা খোঞ্জেল অমা তারকই। 'ব্রাথল' হায়বা ঐগী ইতাউ অদুনা মায়গৈ অদোমদা ঙাইহাক্তং চপ লেপ্তুনা মুন্ন য়েংঙুরগা হায়রকই—ইস ইতাউ! সোইত্রে হাই! ঐখোয়না ল্যাকইবা লমদম অসি 'পুজি' লখেনগী 'মখোক

**কারকপা'** হায়বা লমদাং অতু য়ৌরে। **'তাইবঙ'** চীংজাউদা কারকপা মীশিংনা মফম অসি য়ৌরকপদা **'পাখং'** হায়বসিগা হেক হেক থেংনৈ। নং চেকশিল্লকো মন্নপ! তুঃ আদা চাওনা ফৈনা লাকইবা অসি **'পাখং'** হায়ব'তুনি।"

মহাক্না তাকপা মায়গৈ অদোমদা ঐনা য়েংখিবদদি কল্লবা নোংলৈ অমা চীংমায় অতুমা প্রোক প্রোক হেক নৈরহনা ঐখোয় তম্ন ফুজিল্লকই। **'পাখং'** হায়বা নোংলৈদো ওন্থোক্লসু মঙাও থীখ্রে; মানা লাকপা চীংমায় অদু অমুক্তোইনা শ্রু শ্রু হেক নৈরম্মী, লৈরম-লৈরম উজাউ কয়া মরু ফুক ফুক ফুংক্তাক্তুনা নোংথক্তা রাংনা থাঙ্গৎলগা লোকখাদা বোম বোম থাদরম্মী, মায়গৈ অতুমা খোন্ন উফুন্না পুম্মম হেক মন্নতুনা নোংলৈ অদু 'সুম লাকই।

অঙাওবা নোংলৈ অতুনা য়ৌশিল্লকপা উবদা সুপী অঙাং য়াওরিবশিং অদু কপ্পরক্লে—"ইমাইপেম্মা! ইনম্ম য়াইমা কমদৌনি? মাঙলেদনা ময়াম'সে!" থর জ্ঞান তাবা অগল লমল য়াওরিবশিং অতুনা হায়রকই—"লৈবাক মচাশা! তাইবঙ মহাদেবগী নাম শোল্লু; পুম্নমক ইবুংঙো মহাক্কী থৌরাংনি।"

**'রাখল'** হায়বা ঐগী ইতাউ অদুনা মীপাইরবা মীয়াম অদুন্দু খেমজিন্দুনা হায়রকই—"ময়াম পুম্নমক করি'মত্ত সুংশা থিবিগনু; অঙাওবনি, মরাইনা চৎচখিগনি।"

মীকুপ অমগী মতুংদা ওন্থোক্ল ঙক্লবা থৌদোক অমা থোকখি। মায়গৈ অমা পুম্মম মমনা লাক্লিবা নোংলৈ অদুগী মরক্তা করেম্ন

বংনোক নোকপগী য়াক্লবা খোঞেল অমা তাখি। খোঞেল অতুগা লোয়ননা মরেপ রাং চাউথ্রবা মশা মউকাদি মরৈ মরৈ হেক তারতুনা ওস্থোক্ল কন-থৌগদৌবা মানবা মুত্তি অমা ফন চোংথোক্লক্লু না ইনক নক্ল ঐখোয়গী মাঙ অতুদা চপ হেক লেপই।

'ব্রাখল' হায়বা ঐগী ইতাউ অতুনা মুত্তি অতুদা মমীং খানা য়েংলতুনা হায়রকই—"হাই, 'পাখং' অঙাওবা! ঈথক-ঈরাং কোম্দা য়াঙোইবা! নতেকমদা তেশিন্নু, নহনকমদা হঙ্জিল্লু। ঐনা পুরিবা তাইবঙ যাত্রিকনি, মতু নামা শোককরোই; চংশ্রো চংলু।"

ঐনা মুন্ন 'শুম য়েংখিবদা মুত্তি অসি মকোক য়াওদবগুম উই। মবুক মহুংদগী ঙংলতুনা হায়রকপগুম তায়—"করি 'ব্রাখল'! নতীক করি লৈতুনা ঐগী ইরমদা লাক্লিবা? হায়বিগে তাজো; ঙসি নংগী অরোইবনি।

মীকুপ অমগী মতুংদা 'ব্রাখল' হায়বা ঐগী ইতাউ অতুগা লাক্লিবা 'পাখং' হায়বা নীপা অতুগা মখোয় অনী'সি ফন ফন চোংশিন্নতুনা লাক্লরকই। মহৈ মহৈ ফীভম তানতুনা চোংশিন চোংশিন থুত্তুন্না তুপ তুপ থানরকই, অমুক প্রেপ প্রেপ নন্নতুনা অমী অতু চীংমায় অতুদা থরো থরো হেক ওন্নরকই; মহা লান্নি, অকনবা মলযুদ্ধনি।

'ব্রাখল' হায়বা ঐগী ইতাউ অতুন্নু কন্দ-হৈতবদি নাক্লেকো; অহানবদা মহাক্লা 'পাখং' হায়বা নীপা অতুবু নীঙোংনা শেং শেং শেংথরগা চপ চপ্পুনা নম্ন'সি অহুম মরিররি। 'পাখং' অসি রাম্নতুনা জ্ঞান য়াওদনা লৈমায়দা ভিংদম ভিংদম তাথনি।

ঙাইহাক লৈরগদি অনী অত্থু চীংদোঙ অমমমদা লেপ্পরগা মমীৎ খানা খানা য়েংনরক্তনা মহৈ মহৈ রাংখৎনরকই। উশিত্তবা মীনোক্লা খাক্ল খাক্ল নোক্লরক্তনা নোংদোন পক্ল রাংখৎনরগা অনী অত্থু পুল্লপ কোনশিন্নত্থুনা মরৈ মরৈ য়েৎনরগা লোকথাদা বোম হেক হাইথখি।

ঐবু লমজিংবীরম্বা মক্লাপনা মফম ইখঙ খঙহোদনা খূদক্তা লাইবক থীখিবা অত্থুদা ঐ পুক্লীং অসি ওন্থোক্ল হুংঙাইরমদে। মক্লাপনা তাখিবা লোক অত্থুদা মুন্ন য়েংঙুরগা অমুক্তং মায় লৈথো-রকপদদি—শঙ্গুলক্তগী চীৎথহোরবী তেনরা মচাগুম, শাদানবগী মথুৎ চল্লবী শজি অমোমগুম ঙৌরোক ঙৌবী হুপীমচা অমা ঐগী মাঙ অত্থুদা তনিক তনিক লেপ্তুনা হেক লৈরম্মী।

ঐ পুমকাউ কাউগ্রে, মীকূপ অমগী মহুংদা করি করি থোকখিবা করিমত্ত নীংশিংবা ঙমখিদ্রে।

হুপীমচা অসি ওন্থোক্ল চঙখোল্লী। মায়থোংদি তঙাং তঙাং-লত্থুনা ওলাঙথাগী আতরগুলাপকুম পুক্লীং হুই। রাই রাই লাউবা শম্লাং অত্থু নীংত্থু মখা য়োনা শাংই। শাওং শাবাম্পি পিক্তক চেংতক তৌরক্তনা ওন্থোক্ল নীংথিজে। রাখল চাউবা কবিনা মহাকপু লৈরাং থম্বানগা প্রমাণ তৌনীংগনি, সংসার ত্যাগ তৌরবা মহা-পুরুষনা জগৎমাতাগী শক্তম্নি হায়নীংগনি, ঐদি মহাকপু অমমম্বা লোকহুংদগী থোক্লকপী অহীংগী লৈম্মথানবীতগা চাংদম্ননীংই।

ঐনা মাগী কৈরোয়-লৈকাই, মমিং—থানচিংবা হংবদা হুপী মচা অত্থু তাকউ হায়বা শুকয়া হেক য়াদে। হংদ হংজিল্লু-রগা য়াম্না চিংননা থুম্নকই—“অত্থুবুরাও? হিঃ, হিঃ” মখা

হেক্ত তাখিদে। ঐনা হন্ন হন্ন তক্তুনা হংবদা মমৈদদি মহাক্না য়াম্না ঈকাইনা শোম্থাংননা হায়রকই—"অহুবুরাও? হিঃ, হিঃ; 'পাম্মু লৈকাই'দগীনেই।"

ঐনা ঙক্লহুনা হংই—"হা! করি; পাম্মু লৈকাইদগী? কনাগী মচানো, নমিংদি করি কৌই?'

হুপীমচা অহু য়াম্না ঈকাইনা মরৈ লং লং তৌহুনা খুম্লকই—"ঐদি 'পাম্মু লৈকাই'দা লৈবা 'ঈথক-ঈরাং' মেঞ্জরগী তাঙনা শাংপী মমোমনি। ঐগী ইমিংদি—হুংশি হুংওনবী!"।

হরে, হরে; পাম্মু লৈকাইদা লৈবা ঈথক-ঈরাং মেঞ্জরগী তাঙনা শাংপী মমোম, মাগী মমিংনা হুংশি-হুংওনবী! ওম্থোক ওম্থোকপা লমদা, ওম্থোক ওম্থোকপা মিংদা অসি লৈরিবওইরেকো হায়হুনা ঐগী মঙ অহুদা ঐ ওম্থোক্ল নোক্লীংলম্মী।

হুপীমচা অসিনা লৈগী চীংমায় অহুদা নোকমি নোকমি তৌরহুনা অমুকস্থ ঐগী মাঙ অহুদা তবি তবি হেক চংলী, অমুকস্থ মশক হেক্ত উখিদে। লৈ মরক্তা ঐনা মাবু কোয়থি থিবদা ফংদ্রহুনা চীংথকলোমদা হঙ্গংনা য়েংখিবদদি মশম অহু ইথা হেক থাদোক্লহুনা উফৈ অমদা তোংলগা নোকমি নোকমি তৌহুনা হেক্ত লৈরম্মী। হুপী অহু অঙকপনি।

থাবল ফবা অহীং ওইনস্থ হেক তৌই। হুপীমচা অহুনা মাঙ থারহুনা ঐনা চীংমায় অহু শমহুনা ফুগায়না শাংলিবা লৈপালশিং অহুগী মরক্তা ফাওর ফাওরহুনা'স্থম চংলী। মথং মথং ঐনা উমং কয়া, লোক কয়া, চীংনাপোম কয়া লান্দুনা য়াম্না লাপ্না

চৎলম্মী। মমৈথংদা ঐনা চীংনা ইকোয় কোয়শিনবা লৈত্তেম মান্নবা তম্পাক অমদা থুংলম্মী।

ঐনা তম্পাক অহু য়োন্নকপদদি ওন্থোক ওন্থোকপা মীওই চাদবা মী অসি ওন্থোক্ল য়াম্না লৈরম্লে। মখোঙ তৎলবা মী কয়া চোংল চোংলহুনা চৎলম্মী, মখুৎ কক্লবা মী কয়া অমা লৈমায়দা থরো থরো হেক ওল্লহুনা অনাবগী মৈচাক থাঙলম্মী, হৌজিক্ত ইনৌ নৌনা মমীৎ কোৎথোকখিবদা ঙাইরিবা মী কয়া অমম্ভু মমায় অহু ইহিং নাইহিং হেক শারহুনা য়াম্না রানা মখুৎনা মার মান্নহুনা লম্বী থিরম্মী।

উপাল অমগী মখোঙদা য়াম্না কন-থৌগদৌবা মান্নবা নীপা অমা তুহুনা লৈরম্মী। নীপা অহু মখোরী উতোং কায়হুনা ঈতোং ওরে ওরো হাথরম্মী। নীপা অহগী মথবাক্তা উচেক অমম্ভু তোংলম্মী। ঐগী ইশক হেক উবনা উচেক অহুনা—"পি-থাদোই" হায়হুনা অমুক্তং হৌনা খোংলম্নগা য়াম্না লাম্না পাইথোকখি। কনানোনে মস্থিবু হায়হুনা ঐনা চঙশিন্দুনা য়েংঙুবদদি—ওন্থোকপনি; অহুঙৈ থোইবী মগুংলানগীদমক খোইরেন-তাক্তা পাম্বা কৈথা থাখিরা অঙোমগী ইবুংঙোহল শেলুংবা নোংবান ওইরম্মী।

মোংশোং অমগী ময়াদা য়াম্না মতীক মগুন লৈবা নীপা অমম্ভু থেঙ্গু ফিহুপ শানা তাহুনা য়াম্না ফাভম থীনা লৈরম্মী। ঐনা খবদং চঙশিন্দুনা য়েংঙুবদদি নীপা অহু অত্তৈ অমা নৎলমম্লে—মমাংঙৈ পাণ্ডব মঙানা বিরাট লৈবাক্তা লোৎঙৈদা শৈলন্য ক্রীনি কৌবী

মীনাইন্নুবী অমগী মুংশি ইখৌ লাংঙু বদগী অহীং নোংয়াইদা, নর্ত্তালয়দা গন্ধর্ব্ব মীহাৎনা লোইশিনখিবা বিরাট নিংথৌগী মশেল ইবুংঙো কিচক সেনাপতি ওইরম্মী।

ঐনা থরগা অমুক চৎথরম্মী। ঐনা 'সুম চৎখিবদা লৈপুঙ অমগী মনাক্তা য়াম্না রাশি রূপগুন চঙখোনবা নীপা অমা পূমঙাং ঙাংনা চাক্লবা য়ুম্বী অমদা মোন থাঙলহুনা য়াম্না রানা মনুংশা থবেং থবেং হোল্লহুনা লৈরম্মী। ঐনা চঙশিন্দুনা য়েংঙু বদা নীপা অহুনা য়াম্না নীংঙমদনা হায়রকই— "অপাম্বগা মান্নবা য়েক্লবা জগত্তা অতৈ লৈতে। য়েংঙু, ঐনা মোন থাঙনরিবা মৈগী য়ুম্বী অসি মশক থঙব্রা? মসি অযোধ্যাগী নিংথৌ রামচন্দ্রগী মুপী সীতা হায়বী অহুনি। অসুম ওইবা মৈগী য়ুম্বী অসিনা ঐগী সনা লঙ্কা তুম্ন চাকত্রবনি। হৌজিকসু ঐগী কোক চাক্লিবা অসিনি।" নীপা অহু রাবণ নিংথৌ ওইরম্মী। মহাক্কী মকোক তরা অহু জী-জী হেক শৌরহুনা চাক্লম্মী।

ইকোন কোনবদা ঐনা চাউত্রবা পূত্রী অমা উরম্মী। পূত্রী অহুগী মপান্দা কোক লূকং কয়া, য়াঙলেন শরূ কয়া কোয়চাই চাইনা ভারম্মী। ঐনা পূত্রী অহুগী মপান্দা কাখত্তুনা য়েংঙু বদদি—অঙকপনি; ঈশিং অহু ঈনা পুমঙাং হেক ঙাংলম্মী। অকিবগী মশক ফংলবা ঈশিং অহুদা কামদেবগী মনাউ লীশিং য়াখ্রে, কুবেরগী মচা লীশিং হুম্ফু, শগোনশেন গুরুগী মশু চাতরেং লোইনা ঈরাক্লরম্মী। মথোয় মশেল পঙফু ফুনরম্মী; "হাংলো হাংলো, ফুরো ফুরো" হায়বা খোঞ্জেল অসিনা অমুক্তোইনা পূত্রী

অত্থু পুমনিল হেক নিল্লম্মী। পুথ্রী অত্থুগী মপান্দা ময়েক চাউনা সাইন-বোর্ড অমা থেংলম্মী—'খম্বন পুথ্রী !'

খম্বন পুথ্রীদগী খর চঙশিল্লগা উমং অমসু লৈরম্মী। অঙক্কপা মতৌনি; উমং অত্থুদা নোং-মুংশিংনা অমুক্তোইবা প্রলয়দা হেক শীংলী। নোংথাঙ খবেক খবেক হেক খপ্লহনা মখাক অরাউ তম্বগী থ্রাক থ্রাক, ধ্রুং ধ্রুং লাউবা মখোল অসিমা পুথী অসি থ্রুক থ্রুক হেক নীকই। মুংশিংনা ঙাইহাক্ত লেপথিদ্রবা উমং অত্থুগী উতোল রাতোল অত্থুদা মী কয়ামরুম তেয়া মফোন পাইবগী মতৌগুম মায়গে শলাই খঙদনা কোয়লৈ লৈনা পাইহনা লৈবা উই। ঐনা অরাপ্পদগী য়েংলকপদা উমং অত্থুগী মতাইদা হোৌবা উপাল অচৌবা অমদা সাইন-বোর্ডকুম্বা অমা থেংপা উই। খরদং চঙশিন্দুনা য়েংঙু বদদি ময়েক চাউনা ইরম্মী—'বদনাম উমং !'

ঐনা সাইন-বোর্ড অত্থু পাহনা লৈরিঙৈ অত্থুদা ভুংল্লোমদা নীপা অমনা ঐবু য়াম্না ফিংনা কৌরকই—"ইতাউ ! ইতাউ !! ঐ নংবু থিরক্লিবনি। শিব দর্শনগী লম্বীদি 'সোমদা নত্তে। লাকও থীল্লে, মক্ম অসি কুইবা য়াদ্রে।"

শিব দর্শন হায়রকপ'হ্নদা ঐনা থংনীং নীংশিংলক্কুনা হুৎ লৈথোরকপদদি নীপা অত্ত ঙসাইগী ঐগী মরূপ 'রাখল' হায়ব'হু ওইরম্লে। ঐথোয় অনী প্রপ প্রপ তৌহনা তম্পাক অত্থু লাম্ভোরক্লে। অমুক হন্ন 'রাখল'না লমজিংলহনা শিব দর্শনগী লম্বীদা থোঙশাল্লক্লে। মী পুন্নমক হায়গী মতৌগুম অত্থুম কাম্মী, লম্বী অত্থু হাম্নই হাম্নইগুম অত্থুম চিল্লম্মী।

---

# "অনীশুবা চীংখাণ্ড"

যাত্রিকশিংনা ভাইহাক্ত কাংদনা নিন-খোংলবা চীংলম্বীনি। মী কাণ্ডবু কাণ্ডবু হাইগংনরকই। কনা কনাগুম্বনা নোক-খেরহুনা য়াম্না পূক্লীং স্বকা লাম্না হুয়াউ হুয়াউ কারকপস্নু য়াওই। কনা অমনা য়াম্না থরাই সুংভাইতনা সুংগুক সুংজানহুনা লাকপস্নু য়াওই। মপাঙ্গল কনবশিংনা অশোনবা সুপী অঙাংশিংবু শমহুনা কাথংনরকপস্নু কোঙ্গায়নি। মমীং-মনা থৌবা, লম্বী মশক খঙবা পাথং কয়ানা লমজিংহুনা ঈশৈ শক্ল-শক্লহুনা হুয়াউনা লাকপা কাণ্ডবুস্নু কয়া অমনি। অঙকপনি; ঐগী মঙ অহুদা পুন্সি কৌবা চীং লম্বী মহুদা কারম্নিবা মীশিং অহুগী মতৌ থাহুনা লোইবা ওম্বা নত্তে।

ঐনা ঐগী মরূপ অহুগা লোয়ননা চীংলম্বী অহুগী মতাইদা উথা অমদা লেপ্পুনা মরী মরী কারক্লিবা মীয়াম অহু য়েংলম্মী। ময়াম অহুগী মরক্তা পোলাং পাবোং পুবা নীপা কাণ্ডবু অমা কারকই। মখোয়গী পোলাংশিং অহু করি করিনো য়াম্না লূম্ন উই। খোঙথাং খূদিংগী পোলাংশিং অহু অমনা অমুক লূমথ অমনা অমুক রাংখং তৌহুনা য়াম্না পোংপু রায়োং খোক্তনা উই। নীপাশিং অহুনা মখোয়গী পোলাংশিং অত্তা হেক লাঙ্গজবদা মপুম হেক থীহনী, ময়াম-মমীং পুম্নমক হুমাংনা পূম্নূপ হেক লূপই।

মখোয় ময়াম অহু ঐগী মাঙদা মরী মরী লাম্বোক্তুনা '্নুম চৎখি। থাইমক্কী তুং ইথং থংবদা মীয়ায় ওইনা তৌরবা নীপা অমসু য়াওরকই। মহাক্না মাগী পোলাং পাবোৎ অহু য়াম্না রানা অঙম্বা চীংলম্বী অহুদা পুথৎলকুগা ঐগী মাঙ অহুদা মথা চীক্তুনা লোকখাদা বোম হেক থাদখি। ঐনা ঙক্লহুনা হংই —"কৈদৌরে অহল! অহক রানা পুরক্লগা লোকথাদা ইম্বর-ম্লবদে ?"

নীপা অহুনা খুম্লকই—"ঙমদ্রে ইবুংগো! অসুক মুংঙাইতবা পোৎলুম অসি পুহুনা চৎকদৌবগী শরুক ইশা ইভোমতা রাই শংনা হেক্ত মচৎচরগে।"

ঐনা খঙনীংবা অমা পোক্লহুনা অমুকসু হংই— "করিনো অহলনা হৌজিক থাদখি ব'হুদে ?"

ঐগী রাহং অহু তাবদা নীপা অহনা য়াম্না শাউনা মরেংবান্দা ফৈজা শানরম্বা খুদৈ অহু ফ্রং হেক কল্লহুনা খুম্লকই—"হে-রাধে ইবুংঙোখোই! মথোঙ চাবা পোৎ নত্তেদা, ঈকাই শঙ্গোয় হাঙবা রানি, মুপী লোনবা হায়ব'হু সিনি-সে!"

ঐনা ঙক্লহুনা অমুকসু হংই—"করিনোনে অহল! মুপী লোনবা নীপা'সিবু পোলাং পাবোৎ পুবা হৌনবরনে ?"

রা অসি তাবদা নীপা অহুনা মরেংবান্দা য়াম্লিবা খুদৈ অহুগী মচি অমা লৌথত্তুনা হুমাংনা চোৎলবা মমায় অহু অমুক্তং

শেংনা তৈথোক্লগা মুংশা স্বর মপী শাংনা হোল্লহুনা হায়রকই—"তাও পাখং! ঙসিদি নংগী নফমদা ঐগী অরাবা রারী অসি লীরমগে। মতম অসুক কুইবসি ঐনা ইশা ইতোমতা খঙজবদগী হেন্ন অতৈ কনাদস্লু তমখিদ্রি। সমাজগী মীনোক কিবদগী ঐগী কায়রবা থম্মোই অসি মীনা উখিদনবা লোৎপদা হকচাং অসি কেমদ্ধনা লোইশিল্লক্লবনি। লৈয়োন্দা তীন্না চীক্লবা লৈনা নোংম নোংমগী খুইজিল্লকপগুম থোপ অসিদা মুংঙাইতবা রাথন্না চীকপ-দা হকচাং অসি নোংম নোংমগী কংশিল্লক্লবনি।"

"ঐ অসি মতম অমদা ঐখোয়গী লৈকাই অহুদা য়াম্নমক কা হেন্ন ইনাক-কৈরাক খুনবমক নত্রবস্লু চাব-থকপমথৈদি লেম-পানা ওক্তুনা য়াম্না শান্তি ওইনা লৈজরম্মী। খাইরমবন্দ কৈথেন্দা হুকান পোৎফম অমা য়াহুনা কারবার তৌরম্মী। লৌ পরী অমা-অনী লৈজবা অহুদগী কারকপা চহীগী লৌশান্না কুম অমা চাবদগী লেমহুনা অহেনবা ফৌ তাইরম্মী।"

"ঐগী ইমুং অহুদা ঐনে, মুপীনে, অঙাং অনীনে ঐখোয় মরিনি। ঐগী মুপী অহুস্লু ঐবু লুনা নীংজবী ওইরম্মী। অঙাং অনী অহুনা হেক মুংশিখ্রিবস্লু মহানি। মুংথিল চাক তোক্তুনা ঐনা ফমুংদা ঙাইহাক তিংথোক্তুনা পোথারিঙৈ অহুদা অঙাং অনী অহুনা শকখ্রিবা ঈশৈ, থেকখ্রিবা জগোই অঙকপনি। মহুমক্ত হেক য়েংজবদস্লু মমাগা ঐগগী ওন্থোক্ল মুংঙাইজবা কুম্মৈ ওইরম্মী। মতম অহুগী পুন্সি'দো কল্লকই। হাক্লমক কা হেন্ন ইনাক-কৈরাক খুনবমক নত্রবস্লু ঐগী ইমুং অদো য়ুম্বাল

মুংঙাইবা ইমুং অমদি ওইরম্মী। ঐগী চাকশঙদা ইমা ইবেম্মা লক্ষ্মীনা ভাণ্ডারি ওইনা ফম্বিরিবোই নীংশম্মী। বিধাতাগী নোংদম্মনি হায়সিরা, ইশানা পঙজবদগী থোকপনি হায়গদ্রা, অস্মুম ওইবা ঐগী মুংঙাইরবা পুন্সি অত্থু মতম কুইনা লৈখিদে।"

"হরাও-কুম্মৈ তোয়বা মৈতৈ লৈবাক্কি। চগী অমগী মনুংদা কৃষ্ণ জর্ম্ম, থৌরাণী জর্ম্মু, মেরা রাফুকপা, য়াউশঙ মৈথাবনচিংবা কুম্মৈ ময়াম অসিনা উরু-উরু লৈনহুনা লৈরিবনি। কুম্মৈশিং অসিগী মরক্তা লৈশাবী পাখং, হনুবী হনুবা পূঃস্বক জ্ঞান তাদনা পুমঙাও ঙাওনরিবনি। হরাউ--কুম্মৈনা অসি য়ৌনা তোয়রবদা ঙাওরোইদোবস্মু কনানো ?"

"লমদা থাদনি। য়াউশঙ মতুং তরেৎ-নীপান্নি কোনবা অহুরাইদনি। থাবল চোংবীগী ঢল মখোল খর খর নেমথরক্তুনা লৈকাই লৈকাই খুদিংদা চাকচা-হৈজনবগী লীলা-ফালানা রাই চাইবা মতম অহু য়ৌরকলে।"

"নোংমগী নুমিদাংনি। পূং নীপান তারহুনা ঐনা তুকান থোঙ লোল্লম্নগা মরুপ অমগা লোয়ননা 'স্মুম চংথোকউবদা ইম্ফাল সহরগী করিগুম্বা লৈকাই অমদা পেনা তারম্মী। পেনা শকপা ওজা ইবুংঙো অহুস্মু করি লমদগীবু ওইরবনো ওস্থোক্ক ফখ্রে। ঐখোয়না চঙখিবদা পেনা অহু য়াম্না মুংঙাইনা খম্বনা কাও ফাবা চৎলমদাইগী মজা ইবেম্মনা তরা লূক্কোয় লাঙবা মতাং অহু য়াম্বরম্মী।"

"মথং মথং খম্বনা তরা চাবা লোইহুনা ঈকোপ্পুঙদা

খোঙশাল্লমদাইগী সনা ইবেম্মনা তম্বুল পানা লানশিল্লকপা, চন্দন সেবা তৌরকপা মতাং অদু য়োরক্লে ! ফজবা পুন্নমক্লা তিল্লবী নিংথৌগী মচা ইবেম্মনা নীংথিবা খিবিক্কী মবুংঙো খুমন তোম্পোক্কী মাঙ অদুদা চেক্লা খঙ্খ্রাংচাকুম তবি তবি চৎলকপা, হুপী ওইবীগী রাঙাং, হৌন--লোনচং খঙবীগী মতৌ পুন্নমক থাদুনা শক্লকপা অদুদা ঐগী থম্মোই অসি ইনৌ নৌখ্রে । পেনামা য়াগ্না হেক হুংঙাইরক্লবা মতম অদুদা ঐনা ভাবোক কমদৌরিবগে য়েংগে হায়দুনা অরাংথংবা মায়গেরোমদা হাই-ফেত্তং য়েংখিবদদি—ওন্থোকপনি ; শঙ্গোয় কাচিন্দা নৌ নহা ঙৌরোক ঙৌবা, মমায় ভনান তনানবা অমনা ঐবু য়াম্না থরাই তানা নিতাদুনা নৈরম্বা অদু হেক উরুরে । হুমিৎ অদু পেনা হুংঙাইরে ; মঙোলোমদা অমুক য়েং, ওজ্জা পেনা শকপরোমদা অমুক ওনশিন, ভাবোক মতৌ খর য়েং তৌদুনা হুংঙাইনা কূম্মে অদু মতোল লোমখ্রে ।”

“ হুমিৎ অদুগী মতুংদদি হুপী অদু ঐগী দুকান মমাঙদা ইতৎ হেক তত্তনা উরে। হুমিদাংরাই হেক ওইরকপদা শমজিদি পৈতক হেক তৌরগা লৈ অমা হেক থেৎলদুনা, কোম্পাক অমা নাকন্দা য়েপশিল্লগা থেক থেক তৌদুনা হেক্ত লাকই; ঐগী পোৎ-তোল অদুদা মমীৎ অছু ফল্লপ তৌরল্লগা হেক্ত মচৎখি। মাগী মতৌ অদুদা লঙনবা হুংঙাইরদুনা নোংমদি ঐনা ফাগী ওই করি ওই হেক হায়জিল্লুরে— “ইবেম্মা ! ঙসিদি কৈথেল কুম্ব’দু ঐখোইরোমদা ’সুম চৎখ্রসি হায়ববু করি হায়বগে ? ”

"মানা হেক থৌনা ফগ্রিবস্থ অঙকপনি; ইরায় হেক লায়না খুমদোরকই— ঙম্ব্‌ ঙম্বীনি হায়রবদি কৈনে কৈদৌ'গে তাদ ! ইনম্মনবু চঙহল্লমগদ্রাও ?" মমৈদা অমা হেক্তে নপশিল্লম্মী, কোচি অমা হেক্তে কোৎশিল্লম্মী।"

"মতৌ অসুম্না ফাগী ফাগীদগী মমৈদদি হুপী অসি ঈকাই খাঙ ওই করি ওই চান্নবা লৌদবা য়ারক্লে। ওম্থোকপনি; যুমদগীদি হুকান কাবনি হায়হুনা থোরক্লগা হুপী অসিগা লোয়ননা সিনেমারোমদা চঙবনা কয়া, মোইরাং লাই খুরুম্বা চৎপনা কয়া, ওম্থোক ওম্থোকপকাস্থ তৌরক্লবনি।"

খর লৈরগদি হুপী অসি ঐগীদা লাক্লে। ওম্থোকপনি; হুপী অসিনা হেক লাকপা হুমিত্তগীদি অহুক শান্তি ওইরম্বা ঐগী ইমুং অদো কৈ অনী কূনবা লোক্কা চপ মান্নখ্রে। অমুক্তোইনা সনামহী অপোইবা চঙবদগী হেন্ন শাথীনা কাং-খোং চাইখ্রে। হুপী অনী অহুনা মহৈ মহৈ লক য়েংনহুনা খানা খানা য়েংশিন্নরকপদা যুম অহু যুময়াঙদা চেৎখায়রক্লবোই নীংখ্রে। তুলশীবুঙদা খোংনাং শানা ফজরম্বী বৃনারাণী অহু নোংম নোংমগী 'সুম কংশিল্লক্তুনা মশাঙাক্তে ঙায়শিল্লক্লে। অনী অহুনা মহৈ মহৈ থরুম তৌনহুনা ফীঃ-ফীঃ কাম্ন-রকপদা হোন্দোরকপা অশাবা হুংশা স্বর অহুগী মনিন ফংবদা ইমুং অহু লৈত্রক লাওনা লাওনা চৎলক্লে। অমুক্তোইবা থৎনবনা হুমিৎ নীনিফাওবা কাংশিল্লক্লে। অনী অহু অমনা শুমাং মতোন্দা, অমনা মাঙ্গোন দারীদা; খূদোনবীগা খূদোনবীগা কোৎনহুনা মহৈ মহৈ শিল্লোক থীনরকপা, ওনশিন্নহুনা কাপখায়নরকপা অহুদি হরে হরে! অমুক্তোইনা লৈকাই কূম্মৈ ওইখ্রবনি।

"ঐ স্তোন তাদ্রে। য়ূমদা হজিন্নীংলক্তে। হৌজিক্কী মীনোক চাউরবা সমাজ অসিদদি মীগী অশোয়বতা হেক য়েংহুনা নোক্লগদৌবগী ঙাইহুনা লৈবস্থ কয়ানিদো! হোটেন্দা পৈশা মরি পীবা চা গিলাস অমতং থক্লগা হুমিৎ চূপ্পা ফমহুনা মীগী মীয়াদ হেক ঙাংনহুনা মতম লেনবস্থ য়াওরিদকো! ময়াম অসিগী মরক্তা ঐ ওন্থোক্ল কোক চাউরে।"

"খর লৈরগদি নুপী অহল অহু মচা অনী অহু পুহুনা মপাম চৎখ্রে। ঐস্থ খর ইংলগব্রা হায়হুনা থোইদোকপা কৌরু-লাকউবা তৌদ্রে। অদুবু ওন্থোকপনি; ঐগী রাখল অদু অরানবা ওইরম্লে। চন্দক নুপী অহল অসিনা মপাম চৎখ্রিবা অসিদি মখোয় অনীগী চাউরবা মহাভারত অদুগী অনৌবা অধ্যায় অমা লৌখৎপা ওইরম্লে।"

"নুপী অহল অসি তরানি মরক, মঙানি মরক্তা ইতৎ হেক তত্তনা লাকই। কোন্থোংদা হেক লেপ্লহুনা লেপ্লাউ হেক্ত লাউরকই—'নচা মফি থোল্লোও!' ঐগী নুপী অতোনবী অদুস্থ ফাগী-ককা য়া'পোৎ নত্তে; ইমুংদগী ব্রম ব্রম চেন্থোরক্তুনা শুমাঙ মতোন হেক্ত য়োই। ইমাইপেম্মা ইবুংঙো! মহা লান্নি। নুপা অনী অহুনা খৎখৈ খৎনরুরগা মমৈদদি ঐঙোন্দা হেক মতারকই। মসিনি হৌজিক ঐঙোন্দা তৌরিবা—হি অনী তোংবা, পোলাং পাবোৎ পুবা, নুপী অনী লোনবা- অমত্তনি।"

য়ারী অসি লীরম্লগা নীপা অদু চীংথকলোমদা হাইগৎখ্রে। 'রাখল' হায়বা ঐগী ইতাউ অদুগা ঐখোয় অনীনা নীপা অদুগী

পোলাং লংথরম্বা লোকথা অতুদা 'সুম য়েংথখিবদা মাগী পোলাং অনী অতু মচি অমদা তোঙান তোঙান তাতুনা লৈরম্মী। পোলাং মনাক অতুদা মুপী অমসু ফম্লম্মী। মাগী মুপী অতোপ্পী অসিদি ওম্বোক্ন ফজেদা হায়তনা ঐখোয়না মুম 'সুম য়েংখিবদদি মুপী অত য়াম্না মানবা অমা নীংশিংলক্লে; মাগী শকফম অতুসু খর খর 'সুম ওম্বোরকপগুম তোরে। মমৈদদি তশেংনা ওইরম্লে—
'মুংশি-মুংওনবী!'

---

# " অহুমশুবা চীংখাঙ "

'পুন্সি' কৌবা চীংলম্বী অদো মী ঙাইহাক্ত হেক কাংবা লৈতে, মতম পুন্নমক্তা ইচিন্ত চিল্লম্মী। ময়াম অতুগী মরক্তা "রাখল" হায়বা ঐগী ইভাউ অত্তগা ঐখোয় অনীসু অমুক হন্ন খোঙশান্দুনা চীংদোল পাংনা হাইগৎলম্মী। হন্দক্তি চীং-লম্বী অতুগী নাকল অনীমক্তা থোইদোকপা লৈ-সু মরাং কায়না শাৎপা উথিদ্রে। নাকল অনীমক্কী চীং-নপোমশিং অতুদা মশা মরেং ফল্লবা উজাউ কয়াদি কুক কুক হেক ইম্লনা য়াম্না নীংথিনা হৌরম্মী। উজাউশিং অতুদা মখল-মখা অয়াম্বা উরী-ৱারীনা য়েত্তুনা ফজ-ফজবা উরীগী বন কয়া অমসু শেম্লম্মী। বনশিং

অতুদা ফজবা লৈ-শু অমা-অনীকা অতুক শাংলম্বসু ময়াওই। লমদাং অতুগী মমিংদি 'য়ুমলেপ্পা' কৌই হায়।

ঐখোয়না লম্বী অতুদা 'সুম লাকপদা মফম ইখঙ খঙহৌদনা ঐগী খোঙ অসি করিগুম্বা অমদা খুদি দক হেক থীজিন্দুনাঐ খংপ্রেক হেক খংই; হন্থনা য়েংঙ্‌বদদি ঐগী খোঙনম অসিদা খুত্তুম অমুক ৱাংনা পোমত্তুনা হেক লৈরম্মী। মীকুপ অমগী মতুংদা অপোম্বা অছু জর জর 'সুম হেনগৎলকই; খোঙ অসি লূম্বনা থাংত্তুনা চৎপা হেক য়াদে। খুদক অতুমক্তদা করি করিনো ময়োম ময়োম খরসু ঐগী ফীজি য়েৎলোম ওইরোম অনী অতুদা মরী মরী 'সুম য়ান্নরকই; ঐনা কম্থোকপদা তাহৌ হায়বা শুকয়া হেক য়াদে। ঐগী চৎমিন্নরিবা মরূপ অতুদা ঐনা হংই—"ইতাউ! ঐগী ইশা অসিদা তৌরিব'সিবু করিনোনে মরূপ!"

ঐগী ইতাউ অতুনা খুম্লকই—"ইতাউ! পুন্সি হায়বা লম্বী অসিদি ওন্থোক্ল খুদোংথীবা লম্বীনিনহাই। ভূত-প্রেত, হিংচা-য়াইতম্বীনা শৌ শানা লৈরিবনি, খোঙফম অমত্তং হেক শোয়খি-বদা আঃ লোকথা য়োগদোরিবনি, চেকশিল্লুনে মরূপ! নংগী নখোঙদা তৌরিব'দো ইতাউ! অতৈ নত্তেনহাই 'নুপী' হায়ব'-তুনিনে! নংগী ফীজিদা য়ান্নরকইবা অতুনা 'অঙাং' হায়ব'তুনিন-হাই! সেঃ, গুলি অসি য়োংশিল্লু; মহী অসিমগা থকচিল্লু। নংগী নশাদা তৌরিব'তু মরাইনা ফজখিগনি।"

অসি হায়তুনা ঐগী ইতাউ অতুনা এলকোসিন মানবা গুলি অমগা ভিটামিন বি-কমপ্লেক্স মানবা মহী অমগা মাগী

ফুরীৎখাউদগী লৌথোক্কুনা ঐঙোন্দা পী। ঐনা গুলি অহ লৌরগা য়েংবদা মগায় অহদা ইরম্মী—**'অখাঙ কনবা!'** হীদাক লীক্লী অহুগী নাকল অহুদস্থু ময়েক পৌরপ তৌনা ফজনা থারম্মী—**'নোম্বা কনবা!'**

মতৌ অমুম্না ঐনা খোঙ অসি শেক্র শেক্রহুনা মরূপ অহগা ঐখোয় অনী রারী শানা শানা 'সুম লাকপদা খর চৎলগদি ঐগুম্না লাইবক থীরবা মখোঙ পোম্ব', পোৎয়োম য়ানবা মী অসি ওস্থোক্র য়াম্না লৈরম্লে মখায় ময়াম অহ য়াম্না রানা অহুম্না চীংলম্বী অহুদা মখোঙ অহু শৌক্লহুনা শ্রো শ্রো চীংহুনা কাখৎনরম্মী। য়েংবদা হুংশিবা পোকই; ওস্থোকপদি, **'পুন্সি'** কৌবা চীংলম্বী অহুগী **'য়ূমলেপ্পা'** হায়বা লনদাং অহদা 'হুপী' না মখোঙদা পোম্লবা মী কয়া কয়ানা **'অঙাং'** পোৎয়োম পুহুনা ওয়োক্র রানম্মী।

মনৈথংদা ঐখোয়না চীংচেপ অমা হাইগৎলম্মী। ঐখোয়না চীংচেপ অহু কারিংই অহুদা চীঙ্গোক্লোমদগী নোং মতুম অমা পাইথোরকই। মীকূপ অমগী মহুংদা নোংদূম অহুনা মায়গৈ থুংনা শীনখিরম্মী। নোংনা অমুক্তোইনা ঈশিংপুন হৈথবগী মতৌগুম বম বম হেক চুথরকই। হুংশিংনা চীংমায় অহু প্রোক প্রোক হেক নৈরহুনা মহা প্রলয়গী মতৌগুম শীৎকৎলকই। নোংখাঙ খবেক খবেক হেক খপ্পহুনা, অখাক অরাউ তম্বগী থ্রাক থ্রাক, ধ্রুং ধ্রুং লাউবা মখোল অসিনা নাকোং অসি শেগাক শেগাক হেক কায়রবোই নীংই। অকিবগী মশক ফংলবা নোং-হুংশিং মরক অহুদা যাত্রিক ময়াম অহু রা রা কায়হুনা মায়গৈ শলাই

থওঁদনা মহৈ মহৈ থরাই খুবাক্তা হাপ্তুনা চেন্নরকই। ওম্থোকপনি, ইহৈ ইহৈ জীব হিংনবা চেন্নরকপদা ঐখোয় ময়াম অহূ অমনা অমবু হন্ন য়েংবা ঙম্নদে। ময়াম অহূ পঙচেন্দ চেন্নখি।

ঙাইহাক লৈরগদি নোং-হুংশিং অহূ লেপখ্রে। শংবান্নবা অতিয়াদা হুমিং তরং তরং হুন্দোরক্লে। ঐনা হন্ন য়েংথোরক-পদদি ওম্থোকপনি, ঐগী মরূপ 'রাখল' হায়বা নীপা'হূ লৈরমদ্রে। নোং-হুংশিং মরক অহুদা ইহৈ ইহৈ চেন্নরকপদা মহাক কদাইদা লৈহৌরবা, করম তৌখ্রবা করিমত্ত নীংশিংবা থোকখিদ্রে।

ঐনা ইতোমত্তা ইপাং কনামত্ত য়াওদনা য়াম্না হুংশুক-হুংজাননা চীংলম্বী অহূদা 'সুম চৎলী। যাত্রিক ময়াম অহুসু হান্নগী মতৌগুম য়া য়া নিল্লহুনা অহুম কাখৎলী। খর চৎলগদি লম্বী অহুগী মপান্দা লৈবা উমং অমদগী শজি মচা অমা চেম্থোরকই।

শজি মচা অহুনা মখোঙ মরি অহূ পুল্লপ পুল্লপ হেক চোংলহুনা ইনক নক্ল চীংমায় অহুদা খৌশাহুনা হেক চৎলী। মহাক্কী মতৌ অহূ ফজমনগ্রহুনা ঐনা লম্বীদগী খর হাইদোক্তুনা প্রপ প্রপ তান্নহুনা হেক য়েংই। ঐনা হেক চঙশিনখিবদা শজি মচা অহূ মমীং-মনা তরু তরু হেক পাঙলহুনা ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংহুনা হেক লৈ। ঐ ওম্থোকপা রাখল অমা খল্লুরে; য়ারবদি শজি মচা অহূ ফাহুনা পুরগে নীংঙুরে।

ঐনা প্রপ প্রপ চঙশিনখিহুনা শজি মচা অহূ য়োগদোবা লম অহুমলোমদা ঙাইশিল্লক্লবা মতম অহুদদি ওম্থোকপনি, শজি

মচা অহু পাঙনদেম লংবগী মতৌগুম চীংমায় অহুদা চেনখৎত্রে। ঐ চপ হেক লেপ্তুনা লৈ। শজিমচা অহুস্থ ইনক নক্ক চীংদোঙ অমগী মথক্তা ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংহুনা হেক লৈ। ঐনা খরগা অমুক হেক চঙশিল্লী, শজিমচা অহুস্থ হেক্ত চেম্হোকখি। ঐনা হেক লেপ্পদা শজিমচা অহুস্থ হেক্ত লেপ্পী।

অস্থুম তৌনা ঐনা শজিমচা অহুগী মতুং ইন্দুনা 'স্থুম লাকপা অসিদা ওন্থোকপনি, চীংলম্বী অহু ফনা লাপ্ন লৈহৌরে। শজি মচা অহুগী লঙনবগুম তৌবা মতৌ অহুদা মমৈদদি ঐ শাউনীংবা অমস্থ পোক্লক্লে, হেক ফাদ্রি'ফাওবা তান্নরগে হায়বা রাখল অমা লাক্লে।

মতৌ অস্থুন্না ঐনা চীংমায় অহুদা 'স্থুম লাকপদা চাউখ্রবা লোকচাউ অমা উরম্মী। মতম অহুদা পুন্নমগুম্বা মনম অমা য়াম্না কন্না নম্লকই। ঐনা মথং মথং লাক্তুনা লোক অহুগী ময়া য়ৌরক-পদদি পুন্নম অহু য়াম্না কন্না হেক নম্লে। অমুক্তোইনা মনম অহুনা ঐ খোঁঙ থাংহুনা চৎপা ঙমশিল্লকত্রে। কদোমদগী লাকপা মনম্নো হায়হুনা ঐনা ঙাইহাক কোয়লৈ লৈহুনা য়েংবদা করিস্থ থোই-দোকপা উবা ফংদে। ঐনা চঙশিন্দুনা লোকথা অহুদা য়েংথরুবদদি— ওন্থোকপনি, সনা ফীগেঙাক্ত শেৎপা মগুণ লৈরবা নীপা চামা পুল্লপ শিন্থুনা ব্রৎ ব্রৎ পুমন্থুনা লৈরম্মী। মখোয় অসিদি কনা কনানো হায়হুনা ঐনা ঙাইহাক লেপতুনা য়েংবদদি ওন্থোকপনি, মখোয় অহু অতৈ নৎলমদ্রে—অহুভৈ কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা শিখিবা ধৃষ্টরাষ্ট্রগী মচানীপা দুর্যোধন্নাচংবা মচীন-মনাউ চামা ওইরম্মী।

মখোয় অতু মতৌ করম্না অতুক গুকশ্র বা চীঙ্গোল অতুদা কনানা পুরক্কুনা থনম্লিবনো হায়ব'সি খনবদা ঐ য়াম্না ঙকম্মী। ঐনা লোকমায় অতুদা 'স্নুম য়েংখিবদা ময়েক চাউনা সাইন-বোর্ড অমা থেৎলম্মী— 'মিহৌবী লোকচাউ !'

ঐ লোক অতু কোইথোক্কুনা লাকই। ঐনা 'স্নুম লাকপদা খর চৎলগদি মীহিংগুম্বা মনম অমা অমুক য়াম্না কন্না নম্লকই। মমৈ-থংদা চীংনাপোম অমগী মরুমদা স্তুপী অমনা অহিংবা নীপা অমা যজ্ঞ তৌরম্মী। নীপা অতুনা মৈ মরক অতুদা ফ্রঙ ফ্রঙ হেক চোংলদুনা য়াম্না নীংঙমদনা লাউরকই— "মীপোৎ পাম্বগা মান্ননা তমথীবা জগত্তা অতৈ লৈতে।"

ঐনা চঙশিন্দুনা স্তুপী অতুদা মহাক্না তৌরিবা অতু করিনো হায়না হংলুবদা স্তুপী অদুনা চিতোর মৈ থারিবনি হায়দুনা খুম্লকই। মহাক্না থারিবা নীপা অতু কনানো হায়না হংবদনা অল্লাউদ্দিন খিলজীনি হায়রকই।

ঐ পূমঙক ঙকখ্রে। ঐখোয়না ইতিহাসতগী ফংবগা স্তুপী অতুনা হায়বগা পূমওন ওন্ননা থোক্লে। জ্ঞান তাদ্রদুনা ঐনা অমুকস্তু হংই—"করি য়ানো হায়রি'সিবু, অল্লাউদ্দিন খিলজীনা চিতোর লান্দাবদা রাজপুত শাগে তুমখি, রাজপুতকী লৈমশিংনা মশা মশাবু মৈদা দান তৌদুনা জৌহর ব্রত ঙাকখি হায়বদি তায়; চিতোর মৈ চাকপদা অল্লাউদ্দিন খিলজী য়াওখিবগী য়াদি ঐখোয়দি থক থেংনদেনা !"

ঐগী রা অতু তাবদা হুপী অতুনা নোকফেৎ তৌরদুনা হায়রকই--
"হুঃ হঃ, অপঙবা ইতিহাস পণ্ডিত কনানা হায়রিবনো ? নংগুম্বগী অল্লাউদ্দিন খিলজীনা রাজপুত শাগৈ তুমহনবা ঙম্বা, মহারাণী পদ্মীনিগী সনা খুয়াগী উফুল মরীক অমা মাঙহনবা ঙম্বা মতীক্লা ? চিতোর মৈ চাক্তে, রাজপুত শাগৈ তুমদে, চাকখিবদি অপঙবা অল্লাউদ্দিন মতোমতনি।"

ঐনা পূমঙক ঙক্লদুনা অমুকস্থ হংই—"অদুদি মহাক রাজপুতশিংগী মবেম্মা মহারাণী পদ্মীনি হায়বী অতুরা ?"

মসি তাবদা হুপী অতু য়াম্না ঈকাইনা মরু লূকথখি। ঐনা "হায়য়ূ, নং কনানো" হায়দুনা অমুক হংবদা হুপী অতুনা খুম্নকই—
"ঐদি তাইবঙ মীগী মরক্তা লৈবী ইচম চম্বী হুপীনি। সনা, লুপা, অরং-অরাক্তা কায়দোংবীনি। ঐগী ইমিংদি ...... !"

হুপী অতু তুমিন হেক লৈখি। ঐনা "হায়য়ূ, নংগী নমিংদি করি ?" হায়দুনা হন্ন হন্ন তক্লবদা মমৈথংদা হুপী অতুনা য়াম্না চিংননা হায়রকই— **'মীহৌবী !'**

ঐনা মফম অতু থাদোক্তুনা খরগা অমুক চঙশিল্লম্মী। ঐনা 'সুম চৎখিবদা খর চৎলগা মায়গৈ অহুমদা চীংনা ঈকোয় কোয়শিনবা তোংতক তৌবা থেল অমা লৈরম্মী। থেল অতুগী মতাইদা চাউরবা সনাখোংনাং পাম্বী অমা হৌরম্মী। সনাখোংনাং পাম্বী অতুগী মথোঙদা কুত্তক তৌবা লৈকৃৎ অমস্থ লৈরম্মী। খোংনাং পাম্বী অতুগী উখা, কোম অতুগী মপাল অতুদা মশক মতৌ ফজরবী মৌ লৈশাবী ময়াম লৈরম্মী। ওম্হোকপনি, ময়াম অতুগী মরক্তা রাজপুতশিংগী মবেম্মা মহারাণী পদ্মীনিস্থ য়াওরম্মী।

মহারানী পদ্মীনি অসিনা ঐগী মাঙ অত্থদা নীংথিরবা সনা মায়থোং অত্থ ফক হেক ফক্তোক্নুনা কোম্নুং অত্থদা বোপ হেক থাদৈ। ঐনা মুংঙাইজদহুনা, ইপোৎকুম পাম্মুজহুনা হংজে—"করিনো সনথ্যা ইবেম্মা! করি মতৌনি হায়বগে, অত্থক নীংথিবী সনা মায়থোংবু করিগী ফক্তুনা লংথোকপিবগে, তাকপিয়ু ননাই ঐঙোন্দা।"

ঐগী ৱাহং অত্থ তাবদা মহারাণী পদ্মীনি অসিনা লৈহাউ অগ্নিগুম পুম্ব্বী সনা খুদোল অত্থনা তাগ্রিবা মায়থোং অত্থদা থিল্লহুনা হায়রকই—"য়েংঙু পাথং! ঐগী মায়থোং অসি করি মাল্লী?"

ওম্বোকপনি, ঐনা হন্থনা য়েংথিবদদি মহারাণীগী সনা মায়থোং অত্থ মশম-মনা ইফা ফা, ময়া ইচৌ চৌ, ছয়িং কোংয়ানবী ঙ্রোং ঙেং হেক ইল্লহুনা হিংচাবী মমায় ওইনা তাহুনা হেক লৈ। ঐ পূমঙক ঙকপ্রে।

ঐনা ঙক্কুনা রা ঙাংবা থোক্তনা মুর্ত্তিগুম লেপতুনা লৈরিঙৈ অত্থদা সনথ্যা ইবেম্মনা মীৎলুদগী পি তরং তরং শিম্থরহুনা তাকপিরকই—"য়েংঙু পাথং! তমথীরবী হিংচাবী অসিনা ঐগী মেরার লৈবাকী মুংশিজরবা ইবুং-ইপুরা, ইচীল-ইনাউ পূম্নমক তুম্ন চাথ্রবনি। ঐ ইশাম্নকপুম্ন মহারাণীগী সেবা মতোল লোমহনথিজ্রবনি। হিংচাবী অসি ওৎলবী লাইবক থীবী ইশুংলান-গীদমক মহারাণাগী সনা পূক্লীং রাই চিনথবনি। ঙসিদি ঐনা

মাবু ঙম্লে, মহাকপু মপুঙ ফানা ময়থাবা পীহ্না হৌজিকমক কোমদা লংথরিবা অসিনি।

ঐনা কোম অতুগী মপান্দা হৌরিবা সনাখোংনাং পাম্বী অতুগী মতোল্লোমদা 'সুম য়েংখৎখিবদা ময়েক চাউনা সাইন-বোর্ড অমা থেৎলম্মী— ' মিতাবী কোম !'

ঐনা কোম অতু কোইথোক্লগা থেল অতু লাম্থোক্তুনা খরগা অমুক চঙশিল্লম্মী। ঐনা 'সুম চৎখিবদা খর চৎলগা চীং মচা অমা লৈরম্মী। অঙকপা মতৌনি, চীং অতুগী চাংমায় অতুদা নপতুনা হুপী নীপা কয়া অমা কংল কংলহুনা শিরম্মী। ঐনা চীংমায় অতুগী মথকলোমদা 'সুম য়েংখৎখিবদা ময়েক চাউনা নোটিশ অমথক থেৎলম্মী'— খুদোংথীবা !' মথা খরসু ইথরম্মী— "চীং অসিগী মমিংদি 'মীগী মরন মথুম' কৌই। মসি 'মিহৌবী' কৌবী হিংচাবী অমগী কায়দোংফমনি। 'মিহৌবী' হায়বী হিংচাবী অসিনা মীবুক হূবী শজিগী মশক লৌহুনা 'তাইবঙ' চীংজাউদা কারকপা মীশিংবু থেমহুনা নৌহুনা চীং অসি তান্না পুথোরকই। কনাগুম্বা অমত্তনা চীংমায় অসি শোকফদে। লমহেনবা মীদি শিরিবা মীশিং অসিগী দোষ। তাগনি।"

ঐনা নোটিশ অতু পাহুনা লৈরিবৈ অতুদা তুংলোমদগী কনানো অমনা ঐবু য়ান্না তহা তহা কৌহুনা চেনশিল্লকই— "ইতাউ ! ইতাউ !! ঐ নংবু থিরক্লিবনি। শিব দর্শনগী লম্বীদি 'সোমদা নত্তে। লাকও থীল্লে; মফম অসি কুইবা য়াদ্রে।"

শিব দর্শন হায়রকপ'তুদা ঐনা খংনীং নীংশিংলক্তুনা হন্না য়েংথোকখিবদদি ঐগী মরূপ **'ব্রাখল'** হায়বা নীপা'দু ওইরম্লে। অমুক হন্না **'ব্রাখল'**না লমজিংলতুনা খোঙশাল্লক্লে। **'ব্রাখল'** হায়বা ঐগী মরূপ অতুগা হেক লোয়নবদা মীকুপ অমগী মতুংদা **'পুল্সি'** কোবা শিব মন্দিরগী অচুম্বা চীংলম্বী অতুদা হেক্ত থুংই। অঙক-পনি, লম্বী লাম্না ফনা তান্ন চৎলুতুনস্ন **'পুল্সি'** লম্বেন্দদি লমদাং ফনা শাংনা হাইগৎলম্লে।

---

## "মরিশুবা চীংখাঙ"

**'পুল্সি'** কোবা চীংলম্বী অতুগী লমদাং লমদাং খুদিংদা ওম্থোক ওম্থোকপা থৌদোক অসি থোকই। ঐনা মরূপ অতুগা লোয়ননা চীংলম্বী অতুদা 'স্নুম হাইগৎলকপদা খর চৎলগা মফম ইখঙ হেক খঙহৌদনা ঐগী খুং অসি পোক হেক তেক্তুনা কেল্লী। ঐনা তাপ খুনগত্তুনা হাপচিনবদা খুং অসি শৌজিম্লৌ হায়বা শুকয়া হেক য়াদে। ঐনা মরূপ অতুদা হংই— "ইতাউ! ঐগী খুং অসিনা তৌরিব'সিবু করিনোনে মরূপ?"

ঐগী ইতাউ অতুনা খুন্নকই—ইতাউ! ঐখোয়না চৎলিবা লমদম অসি **'পুল্সি'** লমশাংগী **'মীয়ায় চনবা'** হায়বা লমদাং অতুনি। নংগী নখুত্তা তৌরিব'দো ইতাউ! **'অলন-লমন কায়নবা'** হায়ব'তুনিদো!"

'ব্রাখল' হায়বা নীপা অতুনা লমজিংলতুনা ঐনা 'পুন্সি' কোবা চীংলম্বী অতুদা মথং মথং 'সুম কাখৎলী। ঐখোয়না 'সুম লাকপদা খর চৎলগা য়াম্না ভম্বা মতেক অমা লৈরম্মী। ঐগী মরূপ অতুগা ঐখোয় অনীনা অঙম্বা মতেক অতু লানখৎলগা মচি অমদা ঙাইহাক লেপতুনা মরী মরী কাখৎলকইবা মীয়াম অতু য়েংলম্মী। ময়াম অতু নিন-খোংলতুনা হাইগৎনরকই। মখোয় অতুগী মরক্তা পোৎলুম পুবা নীপা কাওবু অমসু কাখৎ-লকই। মখোয় অতুনা লুম্নবা উপু অমমম কোকথোং তোরঙনা য়াম্না রানা হাইগৎলকই। ময়াম অতুগী মরক্তা অহল অমসু য়াওরকই। অহল অতু অঙম্বা লম্বী অতুদা থকা থক হেক নীক্লতুনা কাখৎলকই। য়াম্না হেক ঙকপা মতৌ অমদি—মহাক্না পুরিবা উপু অতু অমুকসু খংয়াং হেক য়াংনা য়াম্না মুংঙাইনা উই, অমুকসু খংলুম হেক লুমথরক্তুনা মঙক অতু ইশু হেক শুজিল্লী। ওাহল অতুনা লম্বী মতেক অতু লানখৎলক্লগা ঐগী ইনাক অতুদা পোৎ অতু থারক্তুনা স্বর হোন্দোক্তুনা ফম্লম্মী। ঐনা চঙশিন্দুনা হংলম্মী—"অহনগী উপু অসিবু করিনো, ওম্বোক্ল পোৎপু মুংঙাই-তনা উখ্রেদা!"

ঐগী রা অতু তাবদা অহল অতুনা য়াম্না তন্না থুম্লকই—"হা ইবুংঙো! নীংথি-মুংঙাইবা পোৎ নত্তেদা, ইংখোল কেশনিদা!"

ঐনা ওক্লতুনা অমুকসু হংই—"করিগীনো অহল! উপু অসিমা অমুকসু য়াংখৎ অমুকসু মলুথ তোক্তুনা মাম্না হাইরিবা অসিদি?"

মসি তাবদা অহল অতুনা খুম্নকই— "তাও ইবুংঙো! খুরাগী ন্নায়বা পুন্সি অসি ঙসিদি নঙোন্দা লীরমগে।

"ঐ অসি ইম্ফাল সহরগী করিগুম্বা লৈকাই অমদা লৈজবা মনিপুরগী প্রজা অমনি। অহল-লমন্না ঐখোয় ইচীল-ইনাউ অনী থম্মীরম্মী। ঐখোয়বু পোকপা পিতাজী অমুনা থ, প্লমদাইদা ঐখোয় ইচীল-ইনাউ অনীদা ইংখোল অমু শরুক অনী খোক্লা য়েনবীরম্মী।"

"ঐগী ইনাউ নীপা অসি লম য়াম্না কারাম্মী। ইনাউ নীপা অসিনা ইংখোল অতুগী মাগা ঐগা তাইনবা মনীংথংবা শরুক অমুদা ইংখোল কোইবা শাশিন্নতুনা লফ, খর থাজিন, হৈ পাম্বী খর থাজিন তৌতুনা লম অমু খর খর 'স্নুম খোপচিল্লী। ঐস্নু মাগী মতৌ অমুদা মুংশিন্দ্রহনা মমাঙথংবা মাগা ঐগগী সিমানাদা লৈবা পুখ্রী অমু নোংজুথা খুদিংগী মুমদাং অথেঙবদা লৈরাই অমু খর খর কীন্থহন্দুনা লম অমু 'স্নুম তানশিল্লী।"

"অস্নুম তৌবা অসিনা চহী অমা-অনীগী মতুংদদি ইংখোল অমু মাগীনা মনীংলোমদা পাক্লে, ঐগীনা মমাঙলোমদা চাউরে। হজক সরকার ইবুংঙোনা লম জরিপ তৌবা থাবিরকখি। আমিনশিং অমুস্নু ওম্মোকপা হায়'রুনি—"ঐখোয় মেপ য়াওরক্তে, নংগী নংগী ইংখোল সিমানা তাকউ"—হেক হায়। ঐগী ঐগী ইংখোল সিমানাবু ঐখোয় ইশেল লেম্প্রবদা য়ানরবদি করিগী রা থোকউনি ইবুংঙো, চুমদ্রব্রা খুরানা হায়রি'সিবো? খঙদবা আমিনশিং অমুনা অশিংবা শামুনা ওল্লকপদদি ইংখোল অমু মরাক পৈনা য়েম্মোকপিরে; য়োংলী

তিংলকপদা ঐগীনা মনীংগী কৈ অদু শোক্লে, মাগীনা মমাঙ শঙ্গোয়গী দারি শোক্লে। ইমাইপেম্মা ইবুংঙো! অমুক্তোইনা মাগা ঐগা য়োৎপাক থাঙ্গৎনহুনা লান তাগ্রে। ইংখোল মতোন্দা মীনা পুম্মু মুনা কুম্মৈ ওইনা য়েংনগ্রে, লৈকাইগী অহল-লমন চঙলক্কু্না খাম্মরে।"

"মাগা ঐগা কেশ তৌনরে। ঐখোয় অনীগী অরানবা রাফম অদুবু অচুম্বনি হায়য়ু হায়দুনা উকিলশিংদা লূপা কোকথোং কোকথোং তিংনা রাচৎলী। উকিল বাবুশিংস্তু থৌনা ফৈ, জজ সাহেবশিংস্তু চঙখোল্লী—কেশ অদু অমুক্লা ঐবু হেক ঙমহল্লী, অমুক্লা মাবু হেক ঙমহল্লী।"

"অস্তুম তৌনা চহী অহুম মরি ইংখোল মচেৎ অদুমগী কেশ তৌনরকপদা লন-থুম পুন্নমকস্তু তুমগ্রে। তৌশিল্লুরবনি হেক তোক্ক-দৌবস্তু ঈকাইরে। মতমস্তু মাঙবা হৌনবমখৈ মাঙগ্রে; ঐনা অমুক ঙম, মানা অমুক ঙম কেশনা লোইবদি লৈতে। মসিনি হৌজিক ঐঙোন্দা তৌরিব'সে। উপু অসিনা অমুক অমুক য়াংখৎলকইবা অসিনা **'কেশ ঙম্বা'** হায়ব'দুনি, অমুক অমুক লুমথরকইবা অসিনা **'কেশ মায়থীবা'** কৌই।"

মতম অসিদা মাগী উপু অদুগী মন্নুংদা করিগুম্বা অমা হঙ্গৎহন্দা কোয়চেন চেনবগী মতৌগুম খূদুক খুদুক লাউবা মখোল অমা তায়। ঐনা অহল অদুদা হায়দুনা উপু অদু হাংদোকহন্দুনা য়েংঙু্বদদি ওম্বোকপনি, সিনেমাগী কারটুন পিকচর মানবা অঙকপা জীব অমা ফেং ফেং চোংদুনা লৈরম্মী। ঐনা মুন্ন য়েংশিনখিবদদি ওম্বোকপনি, মদু অতৈ নৎলমদ্রে, ঙসাই ঐনা চীংখাঙদা ওক্লরকপী মুপী অদু ওইরম্লে— **'মিহৌবী!'**

# "মণ্ডাশুবা চীংখাও"

ঐখোয়না অমুক হন্না খোঙহৌহ্নুনা চীংদোল তন্না হাইগৎলম্মী। 'ব্রাখল' হায়বা ঐগী ইতাউ অতুনা লমজিংহুনা ঐনা মথং মথং 'সুম কাখৎলী। ঐখোয়না 'সুম লাকপদা খর চৎলগদি লোই- রোয় হাইগৎপা থোইদোক্না পণ্ডরা রাদবা লম্বী মতেক অমা লৈরম্রে। 'ব্রাখল' গা ঐগা রারী শার শারহুনা লম্বী অহুদা লাকপদা ইখঙ খঙহৌদনা চীংখারোমদগী যাত্রিকশিং অহু "লম্মৈ, লম্মৈ" হায়না লাউহুনা রা রা কায়হুনা চেনখৎনরকই। ঐখোয়না হন্না য়েংথোক- -খিবদদি ওম্বোকপনি, চীংখা অদোমদগী কল্লবা লম্মৈ অমা ঐখোয় তন্না পাইশিল্লকপা উরম্মী। যাত্রিক ময়াম অহু 'মাঙলে' হায়হুনা শমজি খাইনা চেন্নরম্মী। ওম্বোকপনি, ময়াম অহুগী মরক্তা 'ব্রাখল' হায়বা ঐগী ইতাউ অহ্ অমুক মশক উখিদ্রে।

ঐনা ইতোমতা তরক তরক্না চীংলম্বী অহুদা 'সুম চৎলী।

চৎনা চৎনা ঐগী ইতাউ অহ্ লাকপ্রা হায়না ঙাইবদা মহাক সুকলাক হেক লাক্তে। ঐনা 'সুম চৎখিবদা খর চৎলগদি লম্বী অহুদা লম্লোঙ অনীফাংবা অমা লৈরম্রে।

ঐনা লমলোঙ অনী ফাংবা অহুদা শিব মন্দির তাবা অচুম্বা লম্বী অসিবু করম্বা ওইরিগবা হায়হুনা ঙক্না লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঙাইহাক লৈরগনি লম্বী ওইথংবা অদোমদগী ইনখৎলকপা চহী মতাংগী চীংচম্ অমা থোরকই।

হুপী অসি মুশিন মুবা হাওফি অমা শেৎলী। মহাকী হাওফি অতুদা ইরোই মকোক, শন্দং মকোক, হামেং মকোক কয়া পণ্ডয়েক্ত য়েকশিল্লী। পাম্বোম মরুদা তুবৎ ককপা মীকুপ খুদিংগী মচু গুল্লবা ফুরীৎ অমম্মু লীৎলী। ফুরীৎ অতুদনা মথল-মথা অয়াম্বা মরৈ হাঃ-হাঃ হেক তম্লবা লিন্দু, খারৌ, তাংলৈনচিংবা লিন কয়া খুরক হেক হাঙদ'মখৈ য়েকই। মহাকী শমজি অতু লন্নাই লুতোন চপচানা পুল্লী অতুগা মমৈ অতু য়েম্বা মমৈ শানা রায় রায় হেক থাদৈ। হুপী অসি মীৎয়েং নায়েংদি য়াম্না তমথীবী, হুংহল্লবী ওইনা তৌই। মহাকী মনঙ্গন অতুদা চবাক্লনা লাইরিক ময়েক মানবা করিগুম্বা থরম্মু লোনবা উই; মুম য়েংশিল্লুরগা 'কল্লক-কঞ্জাউবী' হায়বগুমম্মু তৌই।

হুপী অতুগী ফিজেৎ মতা, মীৎয়েং-নায়েং মতা অতুদা ঐ ঙাইহাক ঙক্না লৈরম্মী। মখোয়গী চীংগী চৎনবী অসিদি ওম্বোকইদা হায়তুনা পুক্নীংদা হাইকেৎ নোক্নীংলম্মী। হুপী অসিদা ঐনা হংই— "ইচল! লাইশঙ তাবা লম্বী কদোমদনো?

ঐগী রাহং অতু তাবদা হুপী অতুনা খুদোমবী শিন্দুনা মানা লাকপা লম্বী অদোমদা তাক্লম্মী। মানা তাক্লম্বা লম্বী মতুং ইম্না ঐনা য়াম্না লাপনা চৎলম্মী; মমৈথংদা তোংভক তোবা থেল অমদা থুংলম্মী।

থেল অতুদা অমুক্তোইনা মীনা ফীভৌ হেক ফোরম্মী। মীয়াম অতুগী মরক্তা মরেপ রাংবী, ফিঙাং শেৎপী হুপী অমম্মু য়াওরম্মী। মহাকী মমিংদি 'বিজ্ঞান' কৌই হায়।

ফিঙাং-শেৎপী হুপী অতুনা তাহুমরম্ন মানবা করিগুম্বা মরম অমা মীয়াম অতুদা অমমম 'হুম য়েল্লী। অঙকপা মতোনি, মীগী

খুৎনা হেক শোকপদা মরূম অত্তু হেক্ত পোকখায়। মতুদগী মশা খীং খীং লাউবা অঙকপা জীব মচা অমা কিশি শেত্তুনা ফন হেক্ত চোথোরকই; মীকূপ অমগী মতুংদা জর জর চাউখ্ৎ-লক্তুনা ফুট তরেৎ রাংবা তম্নলাই মানবা শক্তম অমা ওইনা মাঙদা চপ হেক্ত লেপই।

মখোয় অসি চাউবা শারেপ হেক ফাবগা খীন্দনা মশা মশাগী তৌবা ঙম্বা মতীক হেক্ত উৎনরকই। খোঙফম অহুম মরিদং পৃথীদা দ্রং দ্রং খীল্লম্লগা নোংথক্তা হুইস হুইস হেক্ত পাইখৎখি। মখোয়না অমুক অমুক খীল্লম্বদা লৈবাক অসি ভুমি-কম্প তৌই; খারোমদা অমুক অরাংলোমদা অমুক থোক থোক চেপই।

তম্নলাইশিং অসিনা ঙম্বা শক্তিদি অঙকপনি; মখোয়না ঙমদবা থবক লৈতে। মখোয়গী মরক্তগী কনানা লাইনিংথৌ সোরারেনগী কল্লবা লান্মী তেঙ্গোল তরেৎনা চেকশিন্না ঙাক্তুনা থমখ্ৎবা মতীক ময়াই লৈরবা নোংমৈ শীংজং কয়া মুন্দুনা পুরকই, কনা অমনা চন্দ্রলোক্কী কল্ল-কল্লবা মহাবীরশিংবু মতোমতনা জয় তৌত্নুা চন্দ্রদেববু ফারগা মখুৎ পুন্দুনা পুরকই, কনা অমনা ইরাই-গুরুবু মায়থীবা পীত্নুা মচাইবেম্মা নোংথাঙ-লৈমবু ফাহনা পুরক্লগা মহাক্কী মবুংঙোদা কৎলৈ। মতৌ অম্মুয়া তম্নলাইশিং অত্নুা লুহুপ কয়া, টুপি কয়া, শনরীক পরেং কয়া পুরক পুরক্তুনা মহাক মহাক্কী মবুংঙোবু পেলহন্নবা হোৎনৈ।

অঙকপনি, মতম অসিদা ঙসাই ঐনা চীংখাঙদা ওক্লরকপী **'কল্লক-কঞ্জাউবী'** হায়বী শুপী অদু মীয়াম মরক্তগী থোরকই। মহাক্না মীরক অদুদা কোইচেল হেক চেল্লদুনা ঈরাং অমা থোকহল্লী। টুপি উপ্পা নীপা অমগী মনাক্তা হেক চঙই, কোয়েৎ য়েৎপা নীপা অমদা খুদোঙবী থিন্দুনা হেক হায়— "হাই, নীপা অপঙবা! য়েংঙু হাই; আ-দগী কোয়েৎ অসি কয়া ফজখ্রবা! নং মসি পামদ্রা? মুল্লুনহাই!" অদুদগী ফৎ হাইদোক্তুনা হেক্ত মচৎখি; কোয়েৎ য়েৎপা নীপা অদুদা ওনশিন্দুনা অমুক হেক্ত মহায়রুই— "হাই, নীপা কোয়েৎ য়েৎপা! নংগী কোয়েত্তুদি কৈদৌননি; তুঃ, আ-দগী লূহুপ'সি পামদ্রা? মসি লৌরুনহাই!"

মতৌ অসুম্না **'কল্লক-কঞ্জাউবী'**গী থুজীন্না কক কক হেক শীকপদা মী ঃুন্নমক অসি মহৈ মহৈ হু খানা য়েংথীনরকই। টুপি উপ্পা নীপানা কোয়েৎ য়েৎপগী কোয়েৎ অদু পাম্মী, কোয়েৎ য়েৎপনা লূহুপ উপ্পগী লূহুপ অদু মিহৌই। খোঙদেনবা কনা অমনা খোঙশাংবা কনাগুম্বগী অশাংবা মখোঙ অদুতবু মিতাই, খদাঙকোই হৌদবা কনা'মনা অমুক খোংদেনবা কনাগুম্বগী পোৎলূম ওইরবা খদাঙকোই অদুতবু অফবা ওইনা থল্লী। ময়াম অদু মহৈ মহৈ প্রপ প্রপ চেনশিন্নদুনা অঙম অঙম পঙমুন মুন্নরকই। কনানা কনাগী টুপি মুল্লুই, কনা'মনা কনা'মগী কোয়েৎ ফক্লুই; খোঙদেনবা অমনা খোঙশাংবা অমগী খোঙ থেকপা লাক্লরিঙৈদা তুংলোমদগী "থৎলো থৎলো, ফারো ফারো" য়া য়া হেক্ত ল্যাউনরকই।

হন্না য়েংথোকখিবদদি নীপা অমা খদাঙকোই চবুল অমা নাকন্দা। য়েপ্লহনা পোল্লি পোল্লি হেক্ত চেল্লকই ; ময়াম গ্রুং হুপচিন্দুনা পংফু হেক্ত ফুই। মতৌ অস্মন্না ময়াম অহু মহা ওইরে।

মচি অমদা মী কাঙবু অমনা চীং অমা কাবা তান্নরম্মী। চীং অহুগী মমিংদি **'পাঙ্গল'** কৌই হায়। ময়াম অহু শ্যা হেক থাবগা মহে মহে প্রেপ প্রেপ হেক্ত কাখৎনৈ, অমনা খিত্তং হেক হেনখিবদা মখোয় অহুম মরি চঙহুনা মখোঙ তাপ পায়রগা মখাদা শর হেক্ত চিংথৈ; মখাঙ অহুদা থাঙশাং অমনা থবৎ হেক্ত ককথৎলী, থরো থরো ওন্থহুনা মখাদা "হুপ" হেক্ত তাখি। চীং অহুগী চীংখোঙ, থেল অহুগী মতাই অহুদা ময়েক চাউনা থেৎলম্মী— **'কল্লকপী থেল !'**

মমৈদদি মীয়াম অহু নাকপাক নাকপাক তানরে। মখোয়গী তম্নলাইশিংনা লাইরৈবাক্তগী পুরকপা প্রলয় ঙম্নবা খুৎলাইশিং অহু পুথোক্লরক্লে। মায়কৈ পুন্নমক মৈখুনা পুম্মম মমথ্রে, মৈরিনা নোংদোল খেংনা পুমঙান পুমঙান ঙান্না হাইগৎলক্লে ; থ্রাক থ্রাক, প্রেক প্রেক, দ্রং দ্রং, ব্রাং; অমুক্তোইবা প্রলয় তৌরে। ঈনা তুরেল ওইনা চেন্থরক্লে। মকোক কায়রবা, মথুৎ কক্লবা, মখোঙ তৎলবা মী কয়া ঈচেল অহুদা তাউথরক্লে। অশোক-অনা কয়াগী নাহেখোম্তনা মফম অহু পুমনিল নিল্লক্লে।

মতম অসিদা নীপা কাঙবু অমখক্তি মখোয় ময়াম ইকোয় কোয়না ফম্নগা খুবাক খুহুনা ফাক ফাক, ফাক ফাক পঙনোক্ত নোকই। ঐনা য়েংখিবদা মখোয় অহু ঙসাইগী তম্নলাইশিং

অদু ওইরম্মী। মখোয়গী মরক্তা তমথীরবী হিংচাবী অনী অমস্মু য়াওরম্মী। হিংচাবী অনী অমনা মী কয়াগী মবুক হোগায়রগা মখোয়-মরিল চিংথোক চিংথোক্লুনা চারম্মী; ঈ থাদুম থন্না থন্না উন্নগা অমুক অমুক ফ্রু ফ্রু কামথোক্লম্মী। ঐনা মুন্না 'সুম য়েংখিবদদি মখোয় অদু অতে নৎলমদ্রে— ঙসাইগী ফিভাং শেংপী **'বিজ্ঞান'** হায়বী অদুগা **'কল্লক কঞ্জাউবী'** হায়বী চাংচন্নু অদুগা মখোয় অনী ওইরম্মী। তন্নলাইশিং অদুস্মু লোইনা মী ওস্থোরক্লে; মখোয়গী মরক্তা ঐনা মশক খঙবা কয়া অমস্মু য়াওরম্লে। মখোয় অদু হৌজিক্কী ফাওর ফাওরবা বিজ্ঞানিক পণ্ডিতশিংনা ওইরম্লে।

ঐনা ইচুক চুক্না লেপ্লুনা লৈরিঙৈ অদদা তুংলোমদগী কনালো অমনা ঐবু য়ান্না ফিংনা কৌরকই—"ইতাউ! ইতাউ!! ঐ নংবু থিরক্লিবনি। শিব দর্শনগী লম্বীদি সোমদা নত্তে। লাকও চংসি, মফম অসি কুইবা য়াদ্রে।"

শিব দর্শন হায়রকপ'তদা ঐনা থংনী' নীংশিংলক্লুনা হন্না য়েংথোরকপদদি ঐগী মরূপ **' রাখল '** হায়বা নীপা'দু ওইরম্মী। ঐনা অমুক হন্না **' রাখল'**গা লোয়ননা শিব মন্দিরগী অচুম্বা লম্বী তম্না হাইগৎলম্মী। ঐখোয়না মীকুপ অমগী মতুংদা **'পুন্সি'** কৌবা লম্বী অদুদা থুংলম্মী। যাত্রিক পূন্নমক অদুম কারম্মী; **লম্বী অদু হান্নগী মতৌগুম অদুম চিল্লম্মী।**

---

# "তরূকশুবা চীংখাঙ"

'ন্নাখল' হায়বা ঐগী ইতাউ অহুনা লমজিংলহুনা ঐনা 'পুন্সি' কৌবা চীংলম্বী অহুদা মথং মথং 'সুম কাখৎলী। ঐখোয়না লম্বী অহুদা লাকপদা খর চৎলগা থুম্মোক পুবী হুপী কাঙবু অমা থেংনৈ। মখোয়গী থুম্মোকশিং অহুগী মহুংদা করিগুম্বা মতুম তাবা, য়াম্না লুম্বা পোংশক অমা থরো থবো ওন্দুনা কোয়চেন চেনবগী মতোগুম উই; থুম্মোকশিং অহু খোঙথাং থুদিংগী থোক থোক হেক হাইরহুনা মপাল অহুদা ফি অমুবা অমমমনা মথুম কুপশিল্লগা ময়াম অহু পরেং শানা 'সুম চৎলম্মী।

ঐনা হুপীশিং অহুদা হংই—"ইমা-ইন্দোনখোয় ময়াম্না পুবীরিবা অসিবু করি ওইরবনো, ওম্মোক্না লুম্না উথ্রেদকো!"

ময়াম অহুগী মরক্তা নহাদ নহামক্তি নত্রবী, মৌ য়াইমগী থাক্তা হাইফেৎ নকশিল্লব্রবী হুপী অমা য়াওরম্মী। মহাক্না থুম্নকই-"হা ইবুংঙো! নীংথি-হুংঙাইবা পোৎ নত্তেদা, অনীলোনবগী অতোনবী হায়ব'হু অসিনি।"

ঐনা ঙক্লহুনা হংই—"করিনো ইতৈমা! অনী লোনবগী অতোনবী হায়ব'সিবু থুম্মোক পুবা হৌনব্রনে?"

মসি তাবদা হুপী অহুনা হায়রকই—"তাও ইবুংঙো! ইতৈমগী ন্নারবা পুন্সি অসি ঙসিদি ইনাউদা লীরমগে। মতম অস্নুক কুইব'সি ঐনা কনাদসু তমথিদ্রি। ইরাইবক্কীনি থন্দুনা অরা-অনা থিদনা 'সুম পঙলে নৈজরকপনি; ইতৈমগী পুন্সি'সি ন্নারেদা!"

"তাইবঙপানবগী চৎনবীনি, য়ুমবানবা হৌনৈ হায়দুনা পান-শিল্লুরে। নীপা ৱায়োঙ চাবদি ওইরমদ্রে; হুংঙাইত্রদুনা খর লৈরম্লগা হল্লক্লে। নীপা জুগোৎ চাদবদা য়ুম পানগদোবগী শরূক ইমা ইপাগী সেবা তৌদুনা হুংঙাইনা লৈথোকপনদুম ফরগদ্রা খন্দুনা থোইদোকপা য়ুম পানবগী আশা তৌরুদ্রে। মতম কুইনা ফ্রিশা-লোনশা তৌদুনা ইপামদা চহী মঙা-তরূক লৈরক্লে।"

"অদুবু ওহোকপনি ইবুংঙো! ইশানা ফৈ, হায়না খনজবা হীরম অদু সমাজনদি ফনা উবীদেদো। হৌজিক্কী ঐখোয়গী সমাজ অসিদদি-ইনাউশিংগী ইস্কুল লাইরিক্তা, মীত্তাংবগী লৈবাক্তা মমীৎ উবা অমা চঙলুবদা ময়াম চংদুনা ফারগা মমীৎ কোৎথোকই হায়বগুম ময়ামদগী খর তোঙানবা মীদি থাই চঙদুনা তুহৎপিদো।"

"নীঙোন্না মপামদা হল্লকপা হায়ব'সিদি কনানসু উশীৎপিদেদো। ৱাফম মচা অমগী কনাগুম্বা অমগা ৱাহৈ অমা-অনী হায়নরুবগী-দমকসু পাউথোংফমদি য়ুমবানবা খঙদবী, তৌ'ঙন্দ্রী হায়দুনা হেক মথোকপি; মসিদদি ইতৈমসু ওহোক্লা হুংঙাইত্রে। ওহোকপনি, মীনা ৱাহৈ অথীবা হায়রকপদা মীঙোন্দদি করিসু হায়বা ঙম্লমদনা লাক্লগা ইতোমতা ফমুংদা চঙদুনা কপথিবসু কয়ানি। ইতৈমগী পুক্সি'দো ওহোক্লা ৱানা লেনখ্রে।"

"ঐনা মতৌ অসুম্না লৈরিঙৈ অদুদা হৌজিক ঐনা লৈরিবা ঐখোই' নংগী তাদ অসি লাকই। অহানবদদি য়াম্না ফনা তায়; মুপী নহা লৈতে, ঠিকা তৌবনি, হৱাগাড়ী অহুম-মরি, লোইরি

হায়ত্না ঐভোন্দা হায়রে। ঐস্নু ফদ ফরমগদবোই নীংত্না লৈকাই কল্লকপা মমাঙদা লৈগদৌবগী শক্লক চত্তুম চৎলগে হায়ছ্না মহাক্কী 'সোমদা লাক্লে।"

"ইমাইপেম্মা ইবুংঙো! 'সোমদা লাক্লগা থর ফত্রা হায়ববু 'সোগদনা অমুক হেন্না ফৎলমদ্রে। হুপী লৈতে হায়রম্বা অত্না মচামক্লস্নু পাখংও, লৈশাবীও, মৌ হল্লকপীও শঙ্ অমা লৈরম্লে। মখোয় ময়ামদি অমত্তনি, অতোপ্পদি ইতোমতনি। হুপী অহল অত্না শুক শুক হেক লাউরত্না প্রমানও পাহ্নেও অমুক্তোইনা ঐ মখোয়গী ইমুং অত্থ লৈনীংদবনা নারে। ইমাঙদদি ইফ হেক ফনা উই, ঐনা মায় হেক লৈথোকখিবদদি ময়াম অত্না তাপ্র সত্থ হায়বগী মতানি; নোক্লকইবা, করেম্নরকইবা, ঈশৈ লাউখৎলকইবা মহানি। মখোয়গী অহল অত্না মরোল অমা মনাতোন্দি চফু অমুক হেক চাউরত্না ফৎখিত্রিদা অঙকপনি। নোং হেক ঙানবগা মাঙ্গোন ফমেন্দা হীদাকফু অমা প্রোক প্রোক হেক চিংলত্না ঙাংগদৌবগী তুকা থিত্না হেক্ত মরৈ, খোঙথাং খিওং হেক কল্লুবদা হেক্ত ঙংলকই—" হৌজিক কানগী নহারোল অসিবু...... !"

"ইমাইপেম্মা ইবুংঙো! ইতৈমনা মখোয়গী ইমুং অত্থদা লৈব'দো কৈ মরক্তা লৈবনত্নম থর হেন্না ফগদবোই নীংগ্রে। ইপামদা অমুক হনসি হায়বস্নু কৈরোয়-লৈকাই মমাঙদা মশীং য়াম্বা তাগনি ঈকাইদো। য়াম্না হুংঙাইত্রত্না নোংমদি ত্রনা নংগী তাদ অসিদা ত্রবু তোপ্পা থম্বীনবা হায়জরে। মহাক্লস্নু য়াবীরত্না হুকান অমা ভারাদা লৌবিরগা হৌজিক ইতৈমবু

মতুদা থম্বীরিয়ে। মসিনি ইতৈমনা পুরিবা কোকথোং'সি; থুম্মোক অসিগী মন্নুংবা কোয়চেন চেল্লিবা অসিনা 'ইমুংগী শরৈ' হায়'হুনিদো!"

ঐনা হুপী অতুদা হায়রম্মী—"কদাই, কদাই ইতৈমম ! নংগী ইমুংগী শরৈ হায়ব'হু অমুক্তা মশক য়েংসি।"

ওস্থোকপনি, ঐনা হুপী অতুগী মনাক্তা চঙশিল্লগা থুম্মোক মখুম অতু খিওং হাইগত্তুনা য়েংঙুবদদি মকু মানবা উচেক অমা মমীৎ মনা ক্রোক ক্রোক ওল্লহুনা য়াওরম্মী; মুন্ন য়েংশিনখিবদদি মহু অতৈ ওইরমদ্রে, ঙসাই ঐনা চীংখাঙদা ওক্নরকপী, কল্লকপী থেলদা লৈহৌবী হুপী অহু ওইরম্মী—'**কল্লক কঞ্জাউবী !**'

# তরেৎশুবা চীংখাঙ"

'ব্রাথল' হায়বা ঐগী ইতাউ অতুগা রারী শার শারহুনা ঐনা '**পুন্সি**' কোবা চাংলম্বী অহুদা 'স্নুম চৎল্লী। ঐথোয়না 'স্নুম লাকপদা ইখঙ খঙহৌদনা চীংথকলোমদা ভ্রুং ভ্রুং লাউবা লূম্নবা খোঞ্জেল অমা তাখি। খোঞ্জেল অহুগা লোয়ননা চীংমায় অহু য়াম্না কম্না য়ুহারাখি। ঐথোয়না মথকলোমদা য়েংখৎখিবদদি ওস্থোকপনি, চাউরবা চীংদোল অমা কীস্থরক্তুনা চীংলম্বী অহু তমনা ওস্থরকই। যাত্রিক ময়াম অহু 'মাঙলে' হায়হুনা শমজি থাইনা চেম্নরম্মী। ওস্থোকপনি, ময়াম অতুগী মরক্তা ঐগী মল্লাপ '**ব্রাথল**' হায়বা নীপা'হু অমুক মশক উখিদ্রে।

ঐ লম্বী লম্মাঙনরে। 'ব্রাখল'গস্থ কায়নরে। চীংচেপ অতুদা ঐনা খীক্লোয় লাং মরক কয়া ফাওতুনা লম্বী থিতুনা 'সুম চৎলী। ঐনা 'সুম চৎখিবদা চীং নাপোম অমগী মরুমদা শম পুবী চীংগী সুপী খর অহল ওইরপ তোরবী অমা চৎলম্মী। সুপী অতুদা ঐনা হংই—"ইমা! ঐ লম্মাঙনরে, পুন্সি কোবা চীংলম্বী অত্থ কদাইদা লৈ ?"

অহল অতুনা খুম্নকই— "ঐদি মীৎ তাঙই, লম্বী মশক উদে। থোকউ থোকউবনা ঐগী লম্বীনি, তারু তারুবনা ঐগী ঈরমনি। নংনা হায়রিবা লম্বী'তু ঐদি খঙদে।"

সুপী অসি অহলদি ওইরগা মপাঙ্গন্দি ওন্থোক্না কল্লী। মানা হেক থারু থারুবা খোঙফম খুদিংগী লৈবাক অতু ফ্রোঙ ফ্রোঙ হেক্ত নীংখায়। অঙকপা মতৌনি, ঐনা মুন্ন 'সুম য়েংশিনখিবদা সুপী অসি মশা পুন্না মৈ ঙাক্ত ওইনা উই।

অহল অতু লৈহোরে। ঐনা খাক্লোয় লাং মরক অতুদা ফাওর ফাওরতুনা 'সুম চৎলী। মতৌ অসুম্না ঐনা নারক অতুদা চৎলিঙৈদা লমতুই অমা মচীন্দা মীগী খুৎ অতৎপা অমা চেল্লতুনা ঐগী মাঙ অতুদা তুবৎ হেক লানখি। ঐ পুক্নীংদা তিং লাউবা অমা হেক ফাওই; সোইত্রে মফম অসি ডাকু মকোল ওইবা তারে হায়তুনা ঐনা খোঙকাপ মথং মথং থাংতুনা য়াম্না ফিংনা প্রপ প্রপ তৌতুনা 'সুম চৎলী। থর চৎলগদি ইনক নক্না চীঙ্গোল অমা লৈরম্মী।

অঙকপনি, চীঙ্গোল অতুগী চীংমায় অতু পূমকোক হেক কোক্লম্মী। ইকোক কোকপা চীংমায় অতুগী মফম মফম খুদিংদা মৈথু অসি ফুং ফুং কারতুনা লৈরম্মী; মরক মরক্তসু মৈখুগা মৈরিগা য়েৎনতুনা নোংদোল পক্ল পক্ল ব্রং ব্রং হেক হৌতুনা চাকথৎলকই।

ঐনা চীংমায় অতুগী মখা মখাদা মথং মথং 'সুম য়েংথরকপদদি ওন্থোকপনি, চীংখোঙ অতুদা মী অসি ওন্থোক্ল য়াম্না শিতুনা লৈরম্মী। অশিবা ময়াম অতু কারুম কারুম হেক তৌরক্তনা মকোক্লা অমদা, মখুৎনা অমদা, মখোঙনা অমদা কোয়চাই চাইনা তারম্মী। ঐনা চীংখোঙ অতুদা 'সুম য়েংখিবদা সাইন-বোর্ড অমা থেৎলম্মী— "**অশাউবী চীঙ্গোল!**"

ঐ চীঙ্গোল অতু কোইথোক্তুনা লাকই। লম্বী অতুবু কদোমদা ওইরিগবা হায়তুনা ঐনা ই লাং মরক অতুদা ফাওর ফাওরতুনা 'সুম চৎলী। ইকোন কোনবদা ঐনা চাংশা অনীগী তাইনফম চীংজেং অমদা থুংলম্মী। চীংজেং অতুদা খোং ওইনা তৌবা ঈরম অমসু লৈরম্মী।

অঙকপা মতৌনি, খোং অতুগী মপাল নাকল অনীমক অতুদা মকোক য়াওদবা মী কয়ামরুম লৈরম্মী; মঙক অতু হৌজিক্ত হেক ইনৌ নৌনা ককখিবগী ঈথেং ওরো ওরো হাথরম্মী। মখোয় অতুনা খোং মপাল অতুদা কাতু কারল কোয়চৎ চত্তুনা ককথ্রবা মকোকশিং অতু থিডনা লৈরম্মী। মখোয়গী অককপা

কোকশিং অতুদি খোঙহুং অতুদা কোয়চাই চাইনা তারম্মী; মচি মচিদা লাঙজা, রাকোল, লমহুইশিংনা পূমনিল হেক নিল্লহুনা তোংশা মুম্নহুনা চারম্মী।

খোং অতুগী মপান্দা চঙখোল্লবা মহামুনি অমসু হঙ্গৎ-হন্দা চতুনা লৈরম্মী। ঐনা চঙশিন্দুনা মুনিদেব'তুগী মফমদা ভক্তি কৎচরুবদদি মহামুনি অতু অতৈ ওইরমদ্রে— মশা মতোমতগী শাপনা খোঙশা খুৎশা পূম্নমক তুমথ্রবা মহর্ষি দুর্ব্বাসা ওইরম্মী।

ঐনা খুৎ লোন্নহুনা মুনিদেবগী মফমদা হংজরম্মী—"গুরুদেব! অসুক মোৎথ্রবা মফম অসিদা গুরুদেবনা মতৌ করম্না লৈবীরম্লিবা ননাই ঐঙোন্দা তাকপিয়ু।"

ব্রহ্মতেজনা লংলবা জ্ঞানগী মপু ওইরবা মহামুনি অতুনা তাকপিরকই—"তাও পাখং! খোং অসি 'অশাউবী' কৌবী মমীৎ তাঙবী হিংচাবী অমগী ঈশিংখোংনি। 'অশাউবী' হায়বী হিংচাবী অসিনা শমপুবী চীংলৈমগী শক্তম লৌহুনা 'তাইবঙ' চীংজাউগী মফম খুদিং থুংনা চৎলী। মহাক্না মী কয়াগী মখোঙ, মখুৎ, মঙক, থুদেক্তুনা ঈ চূপথোক্লগা খোং অসিগী মপান্দা হুন্দোকলৈ। হিংচাবী অসিনা ঐগী খোঙশা খুৎশা পূম্নমক থুদেক্তুনা খোঙবাল অসিদা হুন্দোকখ্রে; ঐগী মাঙথ্রবা খোঙশা খুৎশাশিং অতু করিগুম্বা তাব্রা হায়হুনা অতুক য়েংলম্লিবনি।"

ওন্থোকপনি, ঐনা খোং অতুগী পরিং ইম্না 'সুম য়েংখিবদদি ওন্থোক ওন্থোকপা মীওই অসি ওন্থোক্ল য়াম্না লৈরম্লে।

মখোয় ময়াম অদু কনাগীনা মথুং য়াওরমদে, কনাগীনা মনাতোন য়াওরমদে, কনা অমগীনা মখোঙ অদু ফৈরুদা তুবং ককথ্রতুনা য়াম্না রানা মথুংনা শোর শোরদুনা চৎলম্মী। মতৌ অসুমনা মীশিং অদু খোঙহুং অদুদা মাগী মাগী মাঙথ্রবা হকচাং কায়াৎ থিদুনা লৈরম্মী।

খোং অদুগী মপান্দা মী অহুমনা কোনবা থুংদবা চাউথ্রবা উপাল অমা হৌরম্মী। উপাল অদুগী মথক্তা উচেক রায়া কয়া অমুক্তোইনা চে-চা, চে-চা পঙখোংদা খোংগৎলকই। ঐনা উপাল অদুগী মথকলোমদা 'সুম য়েংখৎখিবদদি উশা কারোঙ অদুদা চাউথ্রবা খারৌ অমা মতোক ফল্লদুনা লৈরম্মী। ঐনা মুন্ন 'সুম য়েংখিবদা ঙাইহাক লৈরগদি খারৌ মকোক অদু সাইন-বোর্ড অমা ওস্থোরক্লে, মদুদা ময়েক শেংনা ইরম্মী—'নীংঙমদবী খোং!'

ঐনা সাইন-বোর্ড অদু পাদুনা লৈরিঙৈ অদুদা তুংলোমদগী কনানো অমনা ঐবু য়ামনা ফিংনা কৌদুনা চেনশিল্লকই—"ইতাউ! ইতাউ!! নং লম্বী লাল্লে। শিব দর্শনগী লম্বীদি 'সোমদা নত্তে। লাকও চৎসি, মফম অসি কুইবা য়াদ্রে।"

'শিব দর্শন' হায়রকপ'হৃদা ঐনা থংনীং নীংশিংলক্তুনা হন্না য়েংথোরকপদদি 'ব্রাখল' হায়বা ঐগী ইতাউ অদু ওইরম্মী। অমুক হন্না 'ব্রাখল' না লমজিংলদুনা খোঙশাল্লক্লে, মীকুপ অমগী মতুংদা 'পুন্সি' কৌবা শিব মন্দিরগী অচুম্বা চীংলম্বী অদুদা থুংলরে। মী পূম্নমক হান্নগী মতৌগুম অদুম কারম্মী, লম্বী অদু হান্নগী মতৌগুম অদুম চিলম্মী।

# "নীপানশুবা চীংখাও"

'রাখল' হায়বা ঐগী ইতাউ অহুগা লোয়ননা ঐনা 'পুজি' কোথা চীংলম্বী অহুদা মথং মথং 'স্কুম কাখৎলী । ঐখোয়না লম্বী অহ্দ লাকপদা খর চৎলগা খুনীংথেক শানা লৈখৎখিবা কোনা অমা লৈরম্মী। কোনা অহুদা নীপা কাওবু অমনা লূম্লবা মখুম পানবা ড্রম অমমম কোকথোং তৌরহুনা কাথৎনরম্মী।

ময়াম অহুগী মরক্তা চহী নীফুমুক্কী মীতা ওইনা তৌবা নীপা অমা য়াওরম্মী। নীপা অহুগী শকফম অহু য়াম্না ঈশিং স্নুংশিৎ কনবা শমদা লৈবা মীগী মতৌগুম মূশিন হেক মুনা কাহৎলী। মহাক্না হুমাং তপ তপ হেক তারহুনা অঙস্না চীংতেক অহু লানখৎলগা লম্বীগী মতাই অমদা লেপ্লুনা মহাক্কী কোকথোং অহু থাহন্নীংবগী মতৌগুম তঙক তঙক য়েংহুনা লৈরম্মী। ঐখোয়না মহাক্কী মনাক য়োরকপদা নীপা অহুনা 'বাবু' হায়রম্লগা য়াম্না চিংননা তুমিন হেক লৈখি।

ঐনা মহাক্না মপুক্কীং খঙলহুনা চঙশিন্দুনা পায়বিরম্মী। মাগী কোকথোং অহু ওস্থোক্রুস্নু লূমগ্রে। ঐনা পোৎ অহু থারুরগা হল্লকপদদি 'রাখল' হায়বা ঐগী ইতাউ অহুনা হায়— "ইতাউ! নং মাংলেদো, ইরুজথোক্লুবদি শিব মন্দির চঙবা য়াররোই!"

ঐনা ইঙক ওক্লহুনা হংই—"হাঃ! ইতাউ করিগী?"

ঐগী ইতাউ অহুনা হায়—"নীপা অসি য়াইথীবীনিন হাই!"

ঐনা অমুকস্থ হংই—"য়াইথীবী হায়বদি······ ?"
'ব্লাখল'না খুম্মী— "ফাদোপ!"

ঐনা নীপা অদুদা হংই—" ভাই! নংদি করি মরমগী ফাদোপ তারিবা ?"

মসি তাবদা নীপা অদুনা য়াম্না ঈকাইনা খুম্নকই—"মথোঙ চাবা পোৎ নত্তেদা বাবু! হৌজিক্তদা নীংঙম্লক্তে। মীকূপ অমত্তং পঙলুবনা ঐগী ফীভম অসি ওইথ্রিবনি।"

"ঐ অসি মৈতৈ লৈবাক্কী করিগুম্বা লরায় মচি অমদা লৈজবা লৌমী অমনি। হৌখিবা চীংজিনগী অদুদা নোংমা ঐনা রানা শম্পোৎ কারকপদা ঐখোই ননাই হাওম্নুবী অদু ঐগা য়ুমলোন্নরিবা মখাথংবা ইমুং অদুগী মুপী অদুগা অঙাং রাহৌগীদমক য়া য়া খৎনদুনা লৈরম্লে।"

"য়ুমথংনরিবা ইমুং অদুগী মুপী অদুনা হেক মচীন কনথ্রিবস্থ অঙকপনি। ঐনা লাউহত্তুনা ঐখোই মুপী অদু তুমিন লৈথ্রবা ফাওবদা মাদি লাউদুনা অদুম মরৈ। শুমাঙ মতোল অদুদা হেক লেপ্লদুনা করি করিনো মানা থোকপা পঙঙাংদা চাংই, মচীল অদু শুকলেপ হেক লেপ্তে।"

"চাক লাম্না হঞ্জিল্লকপা কাল অদুদা অয়াকপা খোঞ্জেল অত তাবদদি য়াম্না মুংঙাইত্রদুনা ঐনা য়ুমলোন্নরিবা ইমুং অদুগী নীপা অদুদা চত্তুনা হায়রুরে— "তোম্বা! নংগী মুপী অসি খামজিল্লু, অঙাং রাহৌগীদমক য়া য়া খৎনবা অসি লৈকাই মমাঙদা ঈকাইকো!"

"ওম্মোকপনি, নীপা অত্থুদি ওম্মোক্ক শাউনা লৈরম্লে। মানা ফন চোংথোক্কুনা হায়রকই—"করিনো তামধু! হুপী রারকপদি ওমদ্রগা ঐঙোন্দা পাহোম্নরিবা অসিবো! তামধুবু পীহুনা ঙম্ব্রাও!"

"ঐস্থু পিং হেক লাউখ্রে। মাগা ঐগা রাহৈ অমা অনী 'স্থুম হায়নরম্বদগী মমৈদদি চোংথোক্কুনা ফুনরে। অস্থুম থোকউ হায়বা অত্থুনা তোম্বা মকোক কায়খনা ডাক্তরদা পুখৎখ্রে, ঐবুনা থানারোমদা পুরক্লে।

"অঙম্বনা বিচার তৌবদা— মীগী ময়ুম চঙহুনা খৎনবা হৌরুবা ঐনা অরানবনি হায়রে। আইনগী মতুং ইন্না চহী অমগা থা তরুক মিয়াৎ তারে।"

মতম অসিদা নীপা অত্থগী ড্রম অত্থু মতোমতা ফন ফন হেক চোংখৎলকই। নীপা অত্থুনা চঙশিন্দুনা মখুৎনা নমথবদা মত্থু চপ লেপ্তুনা তুমিন হেক লৈখি। ঐনা ঙক্লহুনা হংবদা নীপা অত্থুনা ইতপ তপ্না খুম্লকই— "বাবু! মওং চাখিদ্রবা পোৎনিদা, জেলগী চৈরাক হায়ব'থু মসিনি।"

ঐনা নীপা ভাত্থদা হায়হুনা ড্রম অত্থু মথুম লৈথোকহল্লগা মম্থুং অত্থুদা য়েংশিনখিবদদি ওম্মোকপনি, কৈনাউ নানবা অঙকপা শা মচা অমা "খুঃ" কামহুনা ফন হেক চোংখৎলকই। ঙাইহাক মুন্না 'স্থুম য়েংবদদি মত্থু অতৈ ওই দ্রে, ঙসাই চীংখাঙদা লৈহৌবী হুপী অত্থু ওইরম্মী—'অশ ব!'

---

# "মাপনশুবা চীংখাও"

ঐখোয়না অমুক হন্না খোঙহৌহনা চীংদোল পাংনা হাইগৎলম্মী। মতৌ অসুম্না ঐখোয়না 'সুম লাকপদা খর চৎলগা লম্মী অহু লোক অমগী ময়াদা নপুনা চৎপা মতেক অমা লৈরম্মী। যাত্রিক ময়াম অহু পরেং শানা লোকয়া অহুদা মরী মরী চৎলম্মী।

'ব্রাখল' হায়বা ঐগী ইতাউ অহুগা ঐখোয় অনীনা লোক অহু লাম্থোরক্লবা মতম অহুদা মখাদা কামরক্লিবা মীয়াম অহু 'শা, শা' হায়না লাউহনা অমুক হন্না রা রা কায়নরককই। ঐনা হন্না য়েংথোকখিবদদি চাউরবা কৈজাউ অমা লোক অহুদগী চোংথোরক্কনা মীয়াম তম্না হোচিল্লকপা উরম্মী। ওম্থোকপনি, ময়াম অহুগী মরক্তা 'ব্রাখল' হায়বা নীপা অহু অমুক মশক উখিদ্রে।

ঐনা ইতোমতা হুংশুক হুংজানরহনা চীংলম্মী অহুদা 'সুম চৎলী। মতৌ অসুম্না লম্মী অহুদা ঐনা 'সুম লাকপদা খর চৎলগদি উরক অমদগী হুপী অমা থোরকই।

হুপী অসি মীওই মিতৌদি রাং-চাউরহনা ওম্থোক্লা চঙথোল্লী। জোন জোন লাউরহনা লৈবাক শ্রো শ্রো চিংবা কেথ্রবা ফীগে অমা শেৎলী। মুশিন মুনা লংত্রিক লংবা ফজগ্রবা ফুরীৎ অমসু লীৎলী। মহাক্কী মশম অহুদি লেংপাক্তা প্রোপ প্রোপ হেক য়ৈরহনা রাই রাই হেক লাউনা উই, শমদোল অহুসু মখোই

মখোইরহুনা ঙান্নু মমৈ শানা খর খর কোনখৎপগুমস্থ তৌই। মুপী অসিগী মীৎয়েং-নায়েংদি ময়ামদগী ইতোপ তোপই। মমীৎ অহু সেকেণ্ড অনীদ হেক ফানা লৈমায়দা য়েংবা হৈতে, মতম 'পুম্বদা উতোন রাতোন্দদা হেক য়েংহুনা লৈ। মহাক্কী মমিংদি **'শকহেন য়াইকাবী'** কৌই।

মুপী অসিনা ঐঙোন্দা হায়—"তাইবঙ যাত্রিক! তাইবঙ মহাদেবগী পুজা লাকপদা ঙম্লবা **'পুম্সি'** লম্বেন্দা কারুহুনা কৈদৌনগনি? মায়গৈ অসোমদা উরিবা সনা লমজাউ অসিদা চৎখো, তুঃ! আদা তগুপ তরেংনা ঙাল্লিবা অসি শিব মন্দিরনি।"

মুপী অহুনা তাকপা মায়গৈ অদোমদা ঐনা য়েংখিবদদি ইচাউ চাউনা লমজাউ তামা লৈরম্লে। লম্বী অহুগী মতুংইন্না 'মুম য়েংখিবদা ইনক নক্লা মীয়াম তিনবা মফম অমস্থ উরক্লে। ঙাইহাক অহুদা মীনিনস্থ খর খর তাবগুম তৌরক্লে। মীয়াম অহুগী মরক্তা তাইবঙ মহোদেব ইবুংঙোগী রাং-চাউরবা ফুরা অহু ঙৌরোক ঙৌনা খিল্লম্মী।

ঐনা থরাই য়াম্না হরাউনা লম্বী অহুদা চেন্না চেন্না কাখৎলম্মী। ওম্মোকপা মতৌনি; মহাদেব ইবুংঙোগী মন্দির অহু উবদি ইনক নক্লা অহুম মউই, য়োবদি শুকয়ৌ হেক য়োদে। মথং মথং ঐনা পুক্নীং য়াম্না মুংঙাইনা চেন্না চেন্না হাইগৎলম্মী।

মতৌ অসুম্না ঐনা 'মুম লাকপদা খর চৎলগদি লম্বী অহু চীংনাপোম অমদগী হাইথহুনা অতোপ্পা চীংনাপোম অমগা তাইনবা

কুত্তক তৌবা চীংজেং অমদা কূমথখিরম্মী। ঐনা চীংজেং অদু য়োরকপা মতমদদি ইথা হেক থাজদনা লম্বী অহ্ খংখূ হেক খূজিল্লকই। মতম অদুদা মী নাহেবগুম্বগী মখোল অমা তারকই। ঐনা মায়গৈ অকোয়বদা কোয়লৈ লৈদুনা য়েংবদা করিস্নু থোই-দোকপা উদে। মথং মথং খোঙকাপ মঙা তরাদং চঙশিল্লগদি ওন্থোকপনি, লম্বী অদুগী ময়ায়মক্তদা লম্বেল অদু ফুন্না চাউখ্রবা শুরুং অমা লৈরম্মী।

ঐনা শুরুং অদুগী মহুংদা য়েংশিনখিবদদি ওন্থোক ওন্থোকপা মীওই চাদবা মী অসি ওন্থোক্ল য়াম্না লৈরম্লে। মখোয় ময়াম অদু রানা চাক্লা হে, হে নাহেদুনা লৈরম্মী। ময়াম অদুগী মরক্তা হিরন্য-কৌশিপু মহারাজ, মথুরাগী কংস মহারাজ, কিষ্টকিন্ধাগী বলি মহারাজনচিংবা মতীক মগুণ লৈরবা নিংথৌরেল কয়ামরুনস্নু য়াওরম্মী।

ঐনা শুরুং অদুগী মপান্দা লেপ্তুনা লৈরিবঁগে অদুদা চাউরবা লাইরেল অমা শুরুং অদুদগী কাখৎলকই। ঐনা লাইরেল অদুগী মওং মতৌ অদু 'স্নুম য়েংবদা মহাক্কী শকফম অদু খর খর 'স্নুম ওন্থোরকপগুম তৌরম্মী। মমৈদদি লাইরেল অদু থাঙ্গেশেংনা মী অমগী শক্তম ওইনা ঐগী মাঙদা চপ হেক লেপই। ঐনা মুন্না য়েংখিবদদি ওন্থোকপনি, মদু অতৈ ওইরমদ্রে— শচীগী তৌশিন্নবা হুংশি ইথিন্না পূক্নীং ময়াই কাখিবদগী মমদুনা দোলাই পুরিবা অগস্ত্যগী কোক্তা কাওরুবদগী ব্রহ্মশাপ ফংদুনা লাইরেল ওনখিবা,

মশাগী ধর্ম্মনা মরম ওইহনা ইন্দ্রগী সিংহাসন ফংঙুরবা, বৃত্তাস্থরগী মচানীপা নহুষ কৌবা হিংচাবা অহু ওইরম্মী।

ঐনা ইঙক ঙক্লহনা হংই—"মহাবীর ! নহাক্না মতৌ করম্না শুরুং অসিগী মন্নুংদা লৈরম্লিবনো, ঐঙোন্দা তাকপিয়ু।"

নহুষ কৌবা হিংচাবা অহুনা খুম্লকই—"করি হায়গনি তাইবঙ ! পুম্নমক 'শকহেন য়াইকাবী' গী লিলানি।"

ঐনা শুরুং অহুগী মপান্দা লেপ্তুনা লৈরিঙৈ অহুদা শুরুং ময়াদা হোবা উপাল অমা মশা কারক্তা চেংখায়রকই। চেংখায়বা কারক অহুদগী সাইন-বোর্ড অমা থিনগৎলকই—'য়াইকাবী শুরুং !'

ঐনা শুরুং অহু কোইথোক্তুনা লাক্লগা ঙসাই শিবগী ফূরা উখিবা চীংদোল অহুগী চীংমায় অহুদা হাইগৎলম্মী। থর কাখৎলক্লগদি ওন্থোকপনি, ঐনা শিবগী ফূরানি হায়হুনা উখিবা অহু ফূরাদি ওইরমদ্রে, চাউরবা খাংজাউ অমা ওইরম্লে; মীয়াম্নি হায়না খনখিঁবা অহুস্থ মীয়াম ওইরমদ্রে, শরু ঙারু মপৈ মপৈ কোয়চাই চাইনা তাবা ওইরম্লে; মীখোলনি হায়বা তাখিবা অহুস্থ মীখোল নৎলমদ্রে, মৈ ঙুং ঙুং চাকপগী মৈখোল ওইরমলে। চীং অহুগী চীংমায় অহুদা ময়েক চাউনা সাইন-বোর্ড অমস্থ থেৎলম্মী—'নাপল চীং !'

ঐনা সাইন-বোর্ড অহু পাহুনা লৈরিঙৈ অহুদা তুংলোমদগী কনানো অমা ঐবু য়াম্না ফিংনা কৌহুনা চেনশিল্লকই—"ইতাউ ! ইতাউ !! নং শোইবা তারে, মহু চঙবা য়াবা মফম নত্তে; থুনা হন্দোরকউ।"

ঐনা হন্না য়েংথোরকপদদি 'ব্রাখল' হায়বা ঐগী ইতাউ অহু ওইরম্মী। অমুক হন্না 'ব্রাখল' না লমজিংলহুনা খোঙশাল্লক্লে, মীকুপ অমগী মন্নুংদা শিব মন্দিরগী অচুম্বা চীংলম্বী অহুদা থুংলরে। মী পূন্নমক অহুম কারম্মী, লম্বী অহু হান্নগী মতৌগুম অহুম চিল্লম্মী।

---

# "তরাশুবা চীংখাঙ"

'ব্রাখল' হায়বা ঐগী ইতাউ অহুগা লোয়ননা ঐনা 'পুন্সি' কৌবা চীংলম্বী অহুদা অমুক হন্না কাখৎলম্মী। ঐখোয়না 'সুম লাকপদা খর চৎলগা য়াম্না ঙম্বা মতেক অমা অমুক লৈরম্মী। ঐখোয়না অঙম্বা মতেক অহু লানখৎলগা -মথারোমদা য়েংথরকপদা পোৎলুম পুবা নীপা কাঙবু অমা অমুক কারকপা উরম্মী।

মখোয় অহুনা মনীংদি ইশুপ হেক শুপ্লগা মতোন্দ্রি ইফল হেক ফনবা লেংকোৎ পোলাংগুম্বা অমমম কোকথোং তৌরহুনা য়াম্না রানা অঙম্বা চীংলম্বী অহুদা কাখৎলকই। মখোয়গী পোলাংশিং অহু য়াম্নসু লুম্না উই, অহুগা পুবদসু খোঙথাং হেক খুদিংগী মতোল অহু থোক থোক হেক হাইরহুনা য়াম্না সুংঙাইতনা উই। পোলাংশিং অহুনা অমুক অমুক হাইরকপদা নীপাশিং অহু ফৈরেং ফৈরেং হেক চৎলহুনা তুগে তুগে হেক তৌই।

মখোয়গী মতৌ অতু উবদা ঐ নোক্লীংবনা খাঙবা ঙমদ্রতুনা থীক থীক হেক নোকথোকউরে। ময়াম অতুগী মরক্তা অহল অমা য়াওই। ঐনা নোকপা উরতুনা অহল অতুনা হায়রকই—"ইবুংঙোখোয়! নশা নহানি, চূরুং লাং থুগনি নোক্কনু। মচা ওক্তবা পোকপা, লমহেনবা মচাগী মপা হায়ব'তু অসিনিদো।"

ঐনা ঙক্লতুনা হংই—করিনো খুরা! ওক্তবা মচাগী মপা হায়ব'সিবু লেংকোৎ পোলাং কোকথোং তৌতুনা চৎপরনে?"

মসি তাবদা অহল অত ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা মহাক্কী পোলাং অতু থাররে। হুমাংনা চোৎলবা মমায় অতু অমুক্তং শেংনা তৈথোক্লগা হুংশা স্বর শাংনা হোল্লতুনা অহল অতুনা হায়রকই—"তাও ইবুংঙো! খুরাগী রারবা পুন্সি অসি ঙসি নঙোন্দা লীরমগে। ইচা ওক্তবা পোকপদগী খুরানা রারিবসি রারেদা! জগৎ সংসার অসিদা পাপ তৌবা মীদি হয়েং শিরগা যমগী লৈবাক্তা লাক্লে হায়। খুরাদি শিরবস্থ লাক্লররোই; হিংনা হিংনা ইচা ওক্তবনা লাক্লতুনা লোইরে, যমগী শরুক লৈরম্লরোই।"

"ঐ অসি ইম্ফাল সহরগী করিগুম্বা লৈকাই অমদা লৈজবা মনিপুরগী প্রজা অমনি। মতম কুইনা ইমীত্তা ইচা অমত্ত উবা ফংদনা লৈরম্বদগী ঈশ্বরগী কৃপানা মমৈদা ইচানীপা অমা ফংজরে। তাঙনা ফংজবা ইচানি হায়তুনা মমাগা ঐগনা য়াম্না লুনা তৌজৈ, পিশক পিক্লিঙৈদগী মানা হেক হায়বদা ইল্লী। ইচাদি তাঙনা ফংবনি, মণি মতুম্নি, নিংথেম্নি হায়তুনা মমিং ফাওবা নিংথেম থোল্লী।"

"ঐগী ইচানীপা নিংথেম অসিনা অঙাং ওইরিঙৈদা ঙাওবা মঙাও অসি অঙকপনি। "হা চান্দমগী শম্বন থুদেক্তুনা থবী হুরানখ্রে" কনানা—নিংথেম্না, "হা রাংখেমগী হৈনৌ কাহুনা চোংঙা মচা লোকখ্রে" কনানা— নিংথেম্না, "হা অহুগী মচা ফুরম্লে" কনানা—নিংথেম্না ; হেক হংলুবদা নিংথেম হেক্ত মহায়-রকই। লৈকাই অহুগী মহুংদা করিগুম্বা অমত্তং তৌরম্মী হায়বদা নিংথেমগী খুৎফম হেক্ত মশুইরম্মী, মাগীমক্ত হেক মীরা তাবদা ঐ পুব-থাংবা ঙমশিল্লক্তে।"

"নোংমদি ঐনা মসি লমহেনখিদৌরে হায়হুনা রাশ শাজৈ অমনা মতিং মতিং হেক পোম্বমখৈ ফুরে, মমানা চেম্থোরক্তুনা চৈ মুল্লরে। ওন্থোকপনি, ঐমক্তি ইচাবু ফহন্নীংহুনা মতৌরুবনি, অহুবু মমা অহুনদি ঐবু চৈফু থীবা, মিহুংশি খঙদবা তমথীরবা মী অমগুম খনখ্রে। মচাগী মনঙ্গনদা পোম্লিবা চৈফম অহু য়েংলগা মমা-মচা কোন্নহুনা কপথোকখ্রে। মহুদদি ঐস্থু জ্ঞান তাদ্রে। মতুংদদি ঐ মানা হেক থোকপদা তৌরসন্থু হায়হুনা থাদোক্লে।"

"ঐগী ইচানীপা নিংথেম অসি চাউরক চাউরক্লগা লমহেনবা 'সুম হেল্লক্লে, মরমচৎসু নোংম নোংমগী 'সুম মাঙশিল্লক্লে। হান্না থৈবোঙ হৈনৌ হুরম্বা অহুনা হৌজিক্তি অচৌ অচৌবা মাল পায়খৎলক্লে। খোঙগ্রাউ অথুবা শেৎকৎলক্লে, নাকন্দা থাঙ য়েপ-খৎলক্লে। ঐনা খরদং ঙাংলুরবসু য়ুমদা হুমিৎ মঙা তরুক্লিকা হেক্ত হঞ্জিল্লক্তে। মানা হেক হঞ্জিল্লক্তবদা মমানা হেক্ত লৈবা ঙমদে। ইমাইপেম্মা ইবুংঙো ! হায়হুনা কান্নদে, খুরা অঙাং থারে।"

"হন্দক্তা ইকুই কুইদনা মীগী মচা অমা থাঙনা থিল্লুই হায়তুনা ফাখ্রে। ঐদি লাক্লবা ঙমদ্রতুনা খর কুইনবু লৈথ্রসনু হায়তুনা থোইনা থৌওইরুদ্রে। মমা অতুনদি মচা উদবদা লৈবা ঙমদ্রহুনা ফ্রঙ ফ্রঙ হেক চোংলে। মতুদদি ঐস্সু উপাই লৈত্রতুনা ইংখোল বন্ধান থমতুনা মাবু জামিন্দা লৌথোকউরে।"

"লৌথোকউবা হুমিৎ মঙানিবু ফাদ্রিনে ইবুংঙো! নহাল অহু নিত্যাইবাৎ চিথেক্তা লাইরিক তম্বা কাজরকপী হুপীমচা অমা মখোয় মঙা তরাকনা চিংঙুরে হায়তুনা অমুক ফানররে।"

"মসিদা তৌগদৌবা অসিবু করিনো? ঐ জ্ঞান তাদ্রে। মানদি শল অঙাওবগুম কোয়চোং চোংতুনা লৈরবনিনা য়ূম্‌দা শান্তি ওইনা লৈজবা ঐস্সু মানা হেক চোংবা খুদিংগী অতুম য়াওরে। হায়তুনা কান্নদে ইবুংঙো! মচা ওক্তবা পোকপা হায়ব'সিদি অঙম্বা চীংমায়দা পোলাং কোকথোং পুবা, ঈশিং ঈঙাওদা ঈরোইবা, লাই অঙাওবা লৌখৎপগা অমত্তনি।"

মতম অসিদা নীপা অতুগী পোলাং অতু করিস্সু ইতৌ তৌদনা মতোমদা থোক থোক হেক হাইরকই। নীপা অতু চীংমায় অতুদা থরো থরো হেক ওন্দুনা খাঙই। মহাক্না য়াম্না রানা হৌগত্তনা চঙশিল্লগা পোলাং অতু নমথবদা তুমিন হেক লৈখি। ঐনা হংবদা নীপা অতুনা মহু মাগী মচা ওক্তবা অতুনি হায়তুনা অতুম হায়। ঐনা চঙশিন্দুনা য়েংঙুবদদি ওন্থোকপনি, পোলাং অতুগী মনুংদা ঙসাই ঐনা চাংখাঙদা ওক্লরকপা হুপী অতু য়াওরম্মী—**'শকহেন য়াইকাবী!'**

# "তরামাথোইশুবা চীংখাঙ"

ঐনা **'ব্রাখল'** হায়বা ঐগী ইতাউ অহুনা মাঙ থারহুনা অমুক হন্না **'পুন্সি'** কৌবা চীংলম্বী অহুদা কাখৎলম্মী। ঐখোয়না 'সুম ল্যাকপদা খর চৎলগদি ওন্থোকপনি, চীংমায় অহু লৈচিন্না পূম্মম হেক মমশিল্লকই। অমুক্তোইনা লৈচিল অহুনা মপং মপং হেক পাইরহুনা খোঙ থাংহুনা চৎপা হেক উশিল্লক্তে। অমম্বা লৈচিল মরক অহুদা ঐখোয়না 'সুম লাকপদা ওন্থোকপনি **'ব্রাখল'** হায়বা ঐগী ইতাউ অহু অমুক মশক উখিদ্রে।

যাত্রিক ময়াম অহু অঙম্বা লম্বী অহুদা তপ্পা তপ্পা কাখৎনরম্মী। ঙাইহাক লৈরগদি মীয়াম মরক অহুদগী মমি-শামি ওইনা তৌবী হুপী অমা থোরকই। হুপী অসি মুশিন মুবা ফীজোল অমা শেৎলী। চাইরুং অহুদি ইচপ হেক চপ্লগা মমীৎ অনী অহুদি ঈ কানা হেক ঙাংই। মশম মনাদি ইফা ফারহুনা মতম কুইনা মকোক লুরক্তবগী মতৌগুম উই।

ঐনা হুপী অসিগা লোয়নননা চীংলম্বী অহুদা 'সুম কাখৎলী। য়াম্না ঙকপা মতৌ অমদি হুপা অসি ঐনা মাগী মমিং মথা, লৈকোক লৈকাইনচিংবা হংবদা শুকতাক হেক তাকউ হায়বা য়াদে। হেক হংলুবদা হেক্ত খুম্লকই—"হঃ হঃ, ইকাইজৈ তাকওই ; শুকতাক হেক তাকওই। ঐগী ইমিংদি য়াম্নসু শাংই, হায়-দোক্কদোবা তল্লী।"

ঐনা হন্না হন্না তক্কুনা হংবদা মমৈদদি হুপী অহুনা খুম্লকই—"ঐদি তাইবঙ মীগী থোপ্তা লৈবা তীন্নি, অথোংপা অনৌবনা ঐগী চীঞ্জাক্নি। ঐগী ইমিংদি…!"

হুপী অহু তুমিন হেক লৈখি। ঐনা "হায়য়ু নংগী নমিংদি করি?" হায়হুনা অমুক হংবদা হুপী অহুনা হায়রকই—"ঐগী ইমিংদি— **'খোয়রাঙ খোয়শাউ নুংনাংবী!'**

অঙকপনি, হুপী অহুনা মাগী মমিং হেক তাকপদা ইখঙ খঙহৌদনা বজ্রু তারকপগী মখোলগুম থ্রাক থ্রাক লাউবা য়াক্লবা মকোল অমা তাখি। ঐনা হন্না য়েংথোকউরগা অমুক লৈশিল্লক-পদদি হুপী অহু লৈরমদ্রে। মীকূপ অমগী মহুংদা চীংলাইনা খেক্কুনা পাইথরকপগী মতৌগুম অকিবগী শক্লোন পুরবী তমথীরবী মুর্ত্তি অমা মখুত্তা থাঙশাং পাইহুনা ঐঙোন তন্না পাইশিল্লকই। ওন্থোক-পনি মুর্ত্তি অহুনা য়ৌশিল্লকপগা লোয়ননা ঐনা লৈরিবা মফম অহুস্থ ইকুৎ কুৎপা ল্লোকচপ অমা ওন্থোকখ্রে। ঐদি ঙসাইমখৈ লম্বী চুন্না চৎলিবোই নীংই; অহুবু তশেংবদি মহু ওইরমদ্রে, **'নুংনাংবী'** গী মায়া ওইরম্লে।

ঐ জ্ঞান মমখ্রে। থূদক অহুদা মুর্ত্তি অহুনা মমীত্তি কোরা কানা ঙাংলহুনা ঐগী মাঙদা চপ হেক লেপ্লগা ঙংলহুনা হায়রকই-"নং কনানো? মফম অসিদা করিগী লাকপনো?"

ঐনা খুৎ লোন্নহুনা হায়জরম্মী—"ইমা! ঐ তাইবঙ যাত্রিকনি, শিব পুজা লাকচবনি।"

মুত্তি অত্থু য়া ঙাংদে। মমীত্তি ঈ কানা ঙাংলহনা ঐঙোন্দা চাথোক্কদৌগুম য়েংহনা লৈ। ঙাইহাক লৈরগা অমুক হংলকই-"শিব পুজা লাকপা, তাইবঙ যান্ত্রিক ; করি লমদগীনো ?"

ওয়োকপা হায়'দুনি, মঙ অত্থুদা ঐনা লৈবা লম অত্থুগী মমিংদি 'সমাজ লৈকাই' কৌই হায়। ঐনা মুত্তি অত্থুদা হায়রম্মী—"ইমা ! ঐ সমাজ লৈকাইদগীনি।

মসি তাবদা মুত্তি অত ফ্রং শাউগৎখ্রে। মমীত্তি কোরী কানা ঙাংলগা ঐঙোন্দা চাথোক্কদৌগুম য়েংলহনা হায়রকই-"সমাজ লৈকাইদগী, তাইবঙ লৈবাক্তগী ; মীচঙ মীথায় নাইবা সমাজগী মীহাৎপা পাখং ! খঙজো ঙসি নংগী অরোইবনি।"

মুত্তি অত্থু চোংশিল্লক্কে তৌই। ঐস্থু ইশা ঙাক্লবা শেম-শারম্মী। ঐনা মুন্না য়েংখিবদা মুত্তি অত্থু মশক খর খর 'স্থুম ওয়োরকই—কনানো ? সেঃ-রা মাইস্থু পেমচা ! মাদি হীয়াং অথৌবা ওন্দুনা লৈরম্লিবোই ; ঐদি ভৈরীবী ওইরবোই নীংঙুরে।

ঐনা শাউনা হায়রম্মী—"চৎপ্রো চৎলু, লম্বী থাদোকউ। তাইবঙ চৎনরোলগী য়াংমদা লৈবী ! নশক উবদা মঙ্গল লৈত্তে, নংগা মায়ওক্লনীংদে।"

পেমচানা শাউনা খুম্লকই—"করি, মহা পাপী ! নংগুম্বনস্থু ঐবু অত্থুম হায়জবা শারি। হায়বিগে তাজো—ঙসি নংগী সমাজ লৈকাইদা অরি অনৌ মশক খঙদ্রিবা, লুহোংবা মতুং মঙানি কোনবদা নমায়দা অমোৎপা তৈরিবা; মীরমলেনবুস্থু মীনম্বা, লাইরমলেনবুস্থু উৎ চাইবা; মতুংদি তাইবঙ চৎনরোল্লা ? হায়যু মহা মুর্থ !"

ঐনা হায়—"চৎখ্রোনবাই অমঙ্গল! নতোমতগী নথরাই লৌতুনা ভাইবঙ রাংমো লানখিবী! মিরালম্বা ওইহনা কোয়পাই পাইরিবী নংগা ঐগা উনবা মাইহনে।"

পেমচানা খুমই—"করি, মীহাৎপা! ঐনা ভাইবঙ রাংমা লল্লকপা, পাঙ্গল শোনবী ইমানা চাকনি ক্লিনিতুনা পালহোবা নখোয়গী ইখিন্না নগা? মহাপ্রলয়গী মৈচাক্লা শম্মোই খোল্লা হৌরক্লবদা রারেম ভাংবা চঙখোনবা নংগুম্বা মীরেম কয়াগী নোকক্রেম থেকপা মীনোক্লা ঐগী থম্মোইদা তাশোল ওইনা লেংখিবা নত্রা?"

ঐনা হায়—"চণ্ডালীনি! নশানা তৌজবা পাপকী মতীক ওকপা সমাজগী চৈরাক ফংজরগা মীভোম্দা করিগী দোষ তৌরুরি। চৎখ্রো চৎলু, নশক য়েংনীংদে।"

পেমচানা খুমই—"হাই, মহা মুর্খ! হায়বীগে তাজো। নখোয়গী সমাজ লৈকাইদি খুবী খুনাউ নাইবনি। পারস্যগী নিংথৌরেল দারহুইসনা পানবা হাক্তকতা পারস্যভূমি ঈনা লোখোং চেনখিবা কাউবরা? অত্যাচারী, মীহাৎপা, ধর্ম্ম লৈত্রবা আলেকজেণ্ডরবু ভসি ফাওবদা নখোয়না অথৌবা হায়না লৈশী-লৈখোল্লিবা নত্রা?"

ঐ পুমঙক ভকখ্রে। লাইরিক-লাইশু হৈতবী, অত্মাঘাট তৌতুনা পুন্সি লোমখিবী পেমচানা অসুক লুবা ইতিহাসকী রা অসিবু কদাইদগী করম্না থঙলুরিবনো হায়রুনা ইঙক ঙক্লা লৈরম্মী।

পেমচা অসিনা অমুকস্থ হায়খরকই—"তাও, মহা পাপী ! মোগোল নিংথৌরেল জহাঙ্গীরনা মরাল লৈজদবা সের আফগানগী লুরেল কক্তুনা মিহীর উন্নীসাবু দিল্লীগী লৈমংকোন্দা পুখিবদা নখোয় করি হায়রৌই ? পুন্নমক নচীন-নরৈ ককখিনি হায়তুনা তুমিন তুমিন লৈনখিবা নত্রা ? ঐগুম্না লাইবক থীবা, মাগীনি হায়বা কনা লৈজদবা মীশিংনা পুন্সিদা লৈখা তারকপদা নখোয় সমাজ লৈকাইগী ভূত-প্রেত, হিংচা-য়াইতম্বীশিং অতুনা মরৈ খুনীং অমা শাংনা তিংথোক্লগা ময়া শীংজংমুক চাউবহ্ খিগত্তুনা চাগদোবগী কোয়তান তান্নবা নত্রা ? অতুগুম্বা হিংচা-য়াইতম্বীশিং অতুনা খোঙফম খজিক্তুংদ শোয়খিবা, মরাল লৈজদবা মী কয়াগী পুন্সিস্থ খাঙুথক্লা কেমহনথ্রবনি। ঐগী নৌরবা ঙকশমদা কল্লবা থৌরীগী কোঙ্গোই হুকখিবস্থ মখোয় অতুননি।"

অসি হায়রল্লগা পেমচা অসি হীক্ল হীক্ল কপ্তুনা মমায় অরাং ওন্দুনা চৎখি। ঐস্থ মানা হায়রিবশিং অসিগী মন্নুংদা অচুম্বা খরদি য়াওত্রা হায়না খন্দুনা য়ান্না নুংঙাইতনা লৈহৌই। পেমচানা কাখিবা চীংমায় অতুদা সাইন-বোর্ড অমা থেৎলম্মী —'নুংনাংবী চীঙ্গোল !'

ঙাইহাক লৈরগদি **'ব্রাখল'** হায়বা ঐগী ইতাউ অতুস্থ অমুক থুংঙরে। অমুক হন্না **'ব্রাখল'** না লমজিংতুনা হাইগৎলক্লে, মীকূপ অমগী মন্নুংদা **'পুন্সি'** কোবা চীংলম্বী অতুদা থুংলরে। মী পুন্নমক হান্নগী মতৌগুম অতুম কারম্মী, লম্বী অতু হান্নই হান্নইগুম অতুম চিল্লম্মী।

---

# "তরানিথোইশুবা চীংখাঙ"

ঐখোয়না অমুক হুন্না 'পুন্সি' কোবা চীংলম্বী অতুদা কাখৎলম্মী। যাত্রিক ময়ামস্সু হান্নগী মতৌগুম অতুম কারম্মী। 'ব্লাখল' হায়বা ঐগী ইতাউ অতুনা লমজিংলতুনা ঐনা লম্বী অতুদা লাকপদা খর চৎলগা লম্বীগী মতাই অমরোমদগী য়াম্না কন্না লাউরকপা খোঞ্জেল অমা তারকই—"হৈনহাই! হৌগৎলু, হুমীৎ থেঙখ্রে চৎলূনহাই!"

ঐনা মায়গৈ অদোমদা লৈতুনা য়েংখিবদদি লৈপুঙ অমগী মনাক্তা চহী য়াঙ্খেমুক্কী মথক ওইনা তৌবা নীপা অমা লেপ্তুনা লৈরম্মা। নীপা অতুনা মথুক্তা রাশ শাজে অমা পায়রতুনা লৈপুঙ অতুদা লাউ-খোংতুনা পঙফুদ ফুই—"অরনহাই! তিতিনহাই! থেঙখ্রে চৎলূনহাই!!"

যাত্রিক ময়াম অতুগী মরক্তা জ্ঞান তাবা অহল-লমল য়াওরিবশিং অতুনা মহাক্কী মতৌ অতু উবদা য়াম্না হুংশিনা তাকপিরম্মী—"হা ইবুংঙো! কান্নরোই নপুম থীৎনবনি তৌরুস্সু, লাউ ঐখোয়গা চৎমিন্নসি।" নহা ঈ খেগৎলকপা মীকি লাইকিদবা কয়া অমনা মপা অতু হেক য়োরকপদা করেম কথাইননা ফাক ফাক হেক নোক্লতুনা হায়রম্মী—"হা কবুই কৈওইবা, ননীঙ নমাঙ হোত্রোং হো, নয়ুম লৈমা কাং কোক!" মৌনহা য়াওরকইবশিং অতুনা মৌ য়াইমশিংগী মফমদা হায়—"য়েংঙুনহাই ইনম্মা! তৌরিবসে, তন্দ্রা; তুক্কচন্দ্রা? হিঃ হিঃ……!" মী কাঙবু কাঙবু হাইগৎনখি। মখোয় থুদিংমক মানা মানা থোকপা করি করিনো খর হেক্ত হায়রম্মী।

ঐনা ঙক্লতুনা **'ব্রাখল'** হায়বা ঐগী ইতাউ অতুদা হংই—"ইতাউ ! করিনো নীপা অসিবু অঙাওবরনে ? শনস্থ য়াওদনা মানা ভাস্নক রানা হোইরিবা অসিবু কদাইদা লৈরিবা শননোনে ?"

**'ব্রাখল'** হায়বা ঐগী ইতাউ অতুনা ভাব তানা মোমোন নোক্লতুনা হায়রকই—"চৎলূ, নং মঙোন্দা হংঙুবা য়াগনি ।"

ঐনা নীপা অতুগী মনাক্তা চঙশিনখিবদদি ওন্থোকপনি, ঙসাইগী লৈপূঙ অতু চুম্নগী লৈপূঙ ওইরমদ্রে ; অকুনবগী যীভমদা, হুঙদা হক্তুনা শাবা ফজপ্রবা শনজাউ অমগী মুত্তি ওইরম্লে । হুঙগী শল অদো ওন্থোক্লস্থ নীংথিজৈ ; মমীৎ-মনাদি তরু তরু হেক পাঙলতুনা মচিকাদি তুমত্রিক তুমত্রিক হেক তুমই, য়েংবদা চানমক্কী শনমক হেক মাল্লি ।

হুঙগী শল অতুদা নীপা অতুনা লাউ-খোংতুনা ফুরিবা মওং, মহাক্কী ঙাইঙমদবা মতৌ অতুগী হায়রবদি শল অতু ফুক-কা হেক হৌগৎলকতুনা মো মো-কা খোংতুনা কোয়চেন চেল্লক্কদবোই নীংই । অতুবু পুন্নমক অরেম্বনি, অশেংবা শলদি নত্তবনিনা হুঙগী শল অদো হান্নগী মতৌগুম মচি শুকলেং লেংদনা অতুম মরৈ ।

ঐনা নীপা অতুগী তুং ওইরপ্না লেপতুনা হংই—"অহল ! নহাক্না তৌরিবা অসি করিনো ?"

ওন্থোকপনি, নীপা অতু ঐ লাকপা উহৌদ্রমাল্লে ; ঐগী খোঞ্জেল তাবদা মহাক খংপ্রেক হেক খংই । মখুত্তা পায়রম্বা শাজৈ অতু খংথা হেক থাদোক্লর্তুনা য়াম্না ঈকাইনা থুম্লকই—"হেং, করিস্থ নত্তেদা বাবু !"

ঐনা হায়—"হায়য়ু, করিমত্তা চিংনগন্থু। নহাক্কা তৌরিবসি করিনো ?"

মসি ভাবদা নীপা অত্না ঐহোন্দা মখুৎ লোন্নরত্না হায়রকই—"ইমাইপেম্মা বাবু! মীহোন্দা হায়দোকপিরুন্থু; অতোনবীগী মচা য়োকপা হায়ব'ত্ত অসিনি।"

ঐনা ইঙক ঙক্কা হংই—"হাঃ! করি, নহাক্কা তৌরিবসিবু অতোনবীগী মচা য়োকইবনি হায়বা ?"

নীপা অত্না খুন্নকই—"মান্নি বাবু, অসিদস্থু নত্তে অসিমস্থুনি; য়েংবিয়ুসে।"

নীপা অত্না মনাক অত্নদগী চোংঙাবোন শেগায়বা, চোংঙা মথীকাস্থু খর খর তৈবা অমা পায়হ্না থাঙ্গৎলকই।

ঐনা হংই—"করিনো অত্নদে ?"

নীপা অত্না খুমই—"হায়দোক্কদোবা হঙ্গোইজৈ বাবু, মন্থুংদা থেৎলিবা চেজেং অসিদা অমুক্তা য়েংবিয়ু।"

ওস্থোকপনি, ঐনা চোংঙাবোন অত্তগী মন্থুংদা য়েংশিনখিবদদি চেজেং অমা য়াওরম্মী, মদুদা ইরম্মী—'**ন্থুংনাং পোন**!' 'ঐনা অমুক হন্না য়েংবদদি হা গী ন্থুংনাং পোন হায়বন্থ ওইরমদ্রে, মত্তুগী মহুত্তা লৈরম্মা—'**ন্থুংশিকোন**!' করিনো মাগীসিবু ন্থুংনাং-পোনস্থু হায়বগুম তৌই, ন্থুংশিকোনস্থু হায়বগুম তৌই হায়ত্না অমুক্কা হন্না য়েংখিবদদি ময়েক পৌরপ তোনা ফজনা ইরম্মী—'**শকহেনবী লিন্দাওবী**!'

ঐনা ইঙক ঙক্না হংই— "করিনো অহল ! শকহেনবী লিম্দাওবী হায়বদি ?"

অহল অতুনা খুমই— "হে-রাধে ইবুংঙো বাবু ! মশক ফজরগা থম্মোই য়াওদবী ঐগী নুপী অতোনবী অতুবু হায়জবনিদা।"

ঐনা নীপা অতুদা হায়রম্মী—"হরে হরে অহনগী রাসিদি য়াম্নবু নুংঙাইরিনে। কদাই, নুঙগী শনদা শাজৈ' থারিবা অসিনা অতোনবীগী মচা য়োকইবা, চোংঙাবোন শেগায়বা অসিবুনা নুপী ফজবী লৌবনি হায়বা ? তম্মু তম্মু তাসি, করম করম তৌবা ?"

নীপা অতু য়াম্না মথরাই নুংঙাইতনা চঙশিল্লকতুনা ঐগী ইনাক্তা লেপ্লরে। মহাক্না থম্মোই শোক্না নুংশাস্বর মপী শাংনা হোল্লতুনা হায়রকই—"তাবিয়ু ইংবুঙো বাবু ! ঐগী থম্মোই কায়রবা রারীসে। মতম অসুক কুইবসি ঐনা পুক্নীংগী শান্তিতবু থিরকপা মফম কৈদসু লৈরমদ্রে। অতোনবা মচাগী হাক্তক্তা ঐনা ঙৌরিবসি ঙৌরেদা।"

"জগৎ সংসার অসিদা অহল ওইরকপা হায়বসি ফজফম শুকলৈ লৈতে। অমনা ফংই খুরা, অমনা ফংই মামা অমনা ফংই তাদহল ; ময়াম অসিগী মরক্তা ঐ ওম্বোক্না পুক্নীং নুংশিরুরে। লিলনা মকু হুরগা অমুক নহা ওইবগুম সনা মচা অমতং লৌতুনা অমুক্তং তাঙাং শঙ্গারবদি পুন্সি অসি নৌনা য়েন্নীং চোংবা য়াথিগদ্রা হায়না খল্লকপসি কুইরে।"

মতৌ অসুম্না ঐনা সনা মচা অমত্তং থিরকপা নেংমদি ইম্ফাল সহরগী করিগুম্বা লৈকাই অমদা মৌনহা সনা চাজেনবী অমগা কোক হেক থেংনরুরে।

"মুপী অসিগী হাক্তক্তা ঐনা তিংবা খরচসি অঙকপনি। মানদি নহানিনা শেৎনীংঙিদো, চানীংঙিদো, সিনেমা য়েংনীংঙিদো, মমান্নবনা তোৗবা পূন্নমক য়াওনীংঙিদো। অতুনা ঐস্মু মাগী মনীং থুংহন্নবা হোৎনবদা ঐগী লৈজবা শেল-থুম পূন্নমক অমত্তা থাক্তে। অতুদগী হেন্দোক্তুনা লৌ লৈবী, ইংখোল লৈবী, ময়ুম শাবী। মাগা ঐগবু পূন্না লৈরবদি মঙোন্দবু পাল্লবস্মু ঐঙোন্দবু পাল্লবস্মু অমহাগী অমহানি হায়দুনা লৈরুবা লৌ ইংখোল্ পূন্নমক মঙোন্দা নামা পানবী। ঐগী ইচানীপা চাউপোক অতুবু ঐনা য়োক্লকপা অসিমা অপোকপা মপামক্লস্মু অহুক নীংথিনা তৌরোই। কৈরোয়-লৈকাইনা য়ানবা, ইমুং মমুং হরাউনবা হায়দুনা ইচাগীদমক একাগাড়ী মখোঙ অহুম পানবী লৈ; বোল অকাম্বী লুপা পীবা, মখায় পীবা, অঙাংবা, অশংবা, জাৎ জাৎ লৈদুনা পুশিল্লা। অঙাং অতুনা হেক মচীন মুংশিথ্রিবস্মু মহানি, ঐ হেক উবদা— "পাবুং! করি লৈরকই?"

"মতম খরদি ঐস্মু নৌরে। অঙাং অমনস্মু ইবাইঙাং, লৈশাবী মচা অমনস্মু ইতৈ'বুংঙো; ঐ ওম্বোক্লা মুংঙাইজরে। ঐগী ইথক্তা নল্লম্বা চহীগী অরূম্বা ভারি অতু ইয়াং হেক য়াংলদুনা পুন্সি অসি অমুক হন্না নহা ওইরিঙৈগী ফীভমদা হজিল্লকপগুম তৌরে।"

"ঋতু নাইবা পুন্সি খোঙচৎনি, মীকুপ পুঙজা থুদিংগী হোংবা মীওইবগী পূক্লীং ঈহুলনি। ঙরাংদি মুংশানা কেবাক থোক্লম্বনি, ঙসিদি অয়ুক্তা নোং মংলরি। মীওইবগী পুন্সিস্মু অতুমঙাই।"

"মুপী অসি হান্না করিমত্তা লৈরমদবদগী ফীভম অমা তারক্লবা অতুদদি মনীং তৌবা হৌরক্লে। নোং হেক ঙানবগা শমজেৎ হেক হাৎকৎলতুনা, পাউডরও থাউ মনম মুংশিবও তৌতুনা কে'মথৈ কেরগা কদাইদবু চৎলিবনো খঙদে হেক্ত থোকখি। ঐনা নীপানি হায়ত্তুনা খিত্তংকা ঙাংজরুরবস্থ হঙ্গৎতুনা হেক্ত খুমকই—"নথৌ লৈব্রাও? ঐনা চৎপা নংনা পান্নবিরিব্রাও? লৈনীংদ্রগা নং চৎব্রো।"

"সৈত্য থরাই মুংঙাইতে হায়বনি বাবু! অসিবু ইমুং মহুংগী মুপী ওইবনা চৎপা হৌনবা লীচৎলসে। মচৎকী হায়রুরবদি মফি-মরোল ফাওবা লোইনা থোমজিন্দুনা মৈ থানীংই। অত্বু শাউনীংই হায়ব'ত্তু মঙাই, করি উপাইদি লৈরি। লৌ ফংই মঙোন্দা, ইংখোল ফংই মঙোন্দা; পুন্নমক লোইনা মাগী মমিংদা পানথোকপ্রে। হৌজিক্তি গতি লৈব্রেবনিনা য়ারি'মথৈ খর খাঙবা হায়ব'ত্থ মঙাইরে হায়তুনা ঐস্থ অতুম লৈরে।"

"খর লৈরগদি মুপীস্থ খইনরে; নীপামচা অতুস্থ মপানা পুত্তুনা চৎথোকপ্রে। ঐনা মাবু ইচাদ ইচাগুম য়োকখিবা; পুন্সি চুপ্পা কায়নদনা ঐগী ওইরগদবোই খনখিবা অদো—মুঙগী শনদা শাজে থাবগা চপ মান্নরম্লে। মুপী মশক ফজবী নহা অমা লৌরগা পুন্সি লৌগনি নীংখিবা অদো—চোংঙালোন শেগায়বদা চোংঙা মচা য়োকপা, মপাঙ্গল কল্লরুগা শ্রুং পাইথোকখিবা অতুগা অমহা ওইরম্লে।"

অসি হায়রগা নীপা অত্থনা শাজে অত্থ লৌখত্তুনা মুঙগী শল অত্থদা শেং শেং হেক কল্লী—“হৈনহাই ! হৌগংলু থেঙথ্রে চংলূহাই !”

অঙকপা মতৌনি; মীকূপ অমগী মন্থংদা মুঙগী শল অত্থ ময়ায়দা শেগাক হেক চেংখায়রকই। মত্থদগী মুশিন মুবা মুত্তি অমা ফন চোংখৎলক্কুনা নীপা অত্থগী মকোই নাকল অমা তাপ পায়রগা ফুক হেক ফুক্তোকখি। থ্রনা হংবদা নীপা অত্থনা মত্থ মাগী মচানীপা চাউপোক অত্থনি হায়ত্থনা অংম হায়। মুত্তি অত্থ চেংখায়বা কারক অত্থদা তুম্পক তাশিল্লত্থনা মমীৎ-মনা তরু তরু পাঙলগা থ্রঙোন্দা হঙ্গৎনা য়েংত্থনা লৈ। থ্রনা মুন্না ’সুম য়েংখিবদদি মত্থ অতৈ ওইরমদ্রে-ঙসাই থ্রনা চীংখাঙদা ওক্লরকপী মুপী অত্থ ওইরম্মী—‘মুংনাংবী !’

---

# “চীংদোল”

ঐখোয়না ‘পুন্সি’ কৌবা চীংলম্বী অত্থদা মগং মখং ’সুম হাইগংলম্মী। যাত্রিক ময়াম অত্থসু য়া য়া হেক নিল্লত্থনা চীংমায় অত্থদা চংলম্মী। য়েংবদা সমুদ্রনা ঈথক হৌরকপগী মতৌগুম নীংথিরবা তাইবঙ যাত্রিকশিংগী মতৌনি; কাঙবু কাঙবু, মন্নপ মন্নপ, পরেং পরেং পঙকাদ কাথংনরম্মী।

হন্দক্তি চীংমায় অতু লৈচিন নোংফাই থাংখিদ্রে। শংবান্নবা অতিয়াদা হুমীৎকী মঙান তরং তরং হু ন্দোরক্লে। হুংশিংস্নু লিরি লিরি হুম্লক্তুনা চীং কারকপদা রারবা যাত্রিকশিং অতুগী হুমাং লোক্লরে। অশং-অমান্না থল্লবা চীংমায় অতু তগুপ তরেংনা উরক্লে। চীংগী চীংখাঙ অতুদা হৌরিবা শংবান্নবা হানৌ মথক অতুদা উরোক্কী পরেং পরেংনা শঙ্খু শঙ্খু পাইরক্লে।

ঐখোয়না লম্বী অতুদা লাকপদা খর চৎলগা ঙম্লপ তৌবা চীংতেক অমা লৈরম্মী। রাখল হায়বা ঐগী ইতাউ অতুগা ঐখোয় অনীনা চীংতেক অতু কারিঙৈদা চীংথকলোমদগী মীওই মীতৌ রাং-চাউরতুনা ঙৌরোক ঙৌবা নীপা অমনা চীংদোঙ অমদা লেপ্তুনা লাউথরকই—"লৈবাক মচাশা! রারুরগন্নু তাইবঙ মহাদেব ইবুংঙোগী কৃপা লাক্লে; **'শান্তি চীংঙ্গোল'** য়োরেহাই!"

মীকূপ অমগী মন্নুংদা যাত্রিক পূন্নমক মায়থোং মকা লাম্নরক্লে। হুপী অঙাং য়াওরিবশিং অতু হরাউ তয়াম্না নিন্নরকই-"হুংঙাইরেদকো ইনম্মা! শান্তি চীঙ্গোল য়োরে হায়নহাই!" লাইনীং পরৈ চেৎপা অহল-লমনশিং অতুনা মীৎলুদগী পি শিন্থরতুনা থম্মোই ফুক্না লাউনরকই--"বম বম হরিহরা! তাইবঙ চীংজাউগী মপুরেল!" পাখংগী লেঙ্গা কয়া অমনা খুবাক খুর খুরতুনা চীংমায় অতুদা কাথৎনরম্মী।

অঙকপনি, ঐগী মঙ অতুদা **'তাইবঙ'** হায়বা চীংজাউ অতুগী **'পুন্সি'** হায়বা লম্বী অতুদা চৎনরম্লিবা মখল মথা অয়াম্বা

যাত্রিকশিং অতুনা **'শান্তি চীঙ্গোল'** হায়বা লমদম অতু য়োৌরকপদা হরাউ তয়াম্নরম্বা, মহে মহে চান্নরম্বা রাহৈনা ফোংদোকপা য়োৌররোই।

চীঙ্গোল অতুগী দৃশ্যদি ওন্থোক্না পূক্নীং হুই। য়েংখি য়েংখিবা মায়গৈদগী মীংফম হোংবা য়ারমদে। হৈরাং পাম্বী কয়াদা হৈরাং মরীক চূম্না পাল্লম্মী। লৈরাং পাম্বী কয়াদা লৈরাং চরোং চূম্না শাৎলম্মী। উফৈথক্তা তোংতুনা খোঞ্জেল হুংশিবা চেক্লাশিংনা তীঙ্গোং-কাঙ্গোংগী শুরদা ফূইনা ফূইনা খোংলম্মী—"তাইবঙ শান্তি! তাইবঙ শান্তি!"

**'রাখল'** হায়বা ঐগী ইতাউ অতুনা হায়রকই—"ইতাউ! তাওদো হুংশিদ্রা? তাইবঙ শান্তি, তাইবঙ শান্তি হায়রিবসে তাইবঙ চীংজাউদা লৈবী **'শান্তি চেক্লা'** হায়বী উচেক অতুনিদো; চীঙ্গোল অসিদা উরিবা হৈকোল লৈকোল পূন্নমক অসি মানা শেম্বনিদো ইতাউ!"

মতৌ অসুম্না ঐখোয়না মথং মথং লাকপদা খর চৎলগা লোকমায় অমদা ফজগ্রবা উমং অমা লৈরম্মী। **'রাখল'** হায়বা ঐগী ইতাউ অতুনা ঐঙোন্দা হায়—"ইতাউ! উমং অসিগী মনুংদা জগৎ কল্যানগীদমক ধ্যান তৌরিবা সাধু বাবাশিং লৈবনি। লাউ, মহাত্মা দর্শন তৌরুখিসি।"

ঐখোয়না উমং অতুদা চঙশিল্লম্মা। উমং অতুগী লম্বীদা ঐখোয়না 'সুম লাকপদা খর চৎলগা লৈহাউ পাম্বী অমা হেক তেকথবমখৈ শাৎলম্মী। লৈহাউ পাম্বী অতুগী মশা কারক্তা মেল্লে লৈস্না কৌবী মৈতৈ লৈরাং অতুসু য়াম্না নীংথিনা শাৎলম্মী। ঙাইহাক লৈরগদি লৈখিদ্রবা মৈতৈ কবি খ্বাইরাকপম চাউবগা ডাক্তর কমলগা মখোয় অনী রারী শার শারতুনা লৈহাউ মখোঙ অতুদগী থোরকই। ঐনা পূক্নীংদা খঞ্জরম্মী—"কমলগী কাঞ্চি লৈহাউগা চাউবগী মেল্লে লৈস্নাগা অনী পুন্না শাৎলবোইরে।"

মতম কুইনা উখিদ্রবা চাউবা কবিনা ঐবু হুংশিনা কৌহুনা হংবিরকই—"তাইবঙ যাত্রিক! হুংশিদা ইচাদি; তাইবঙ চীংজাউ কারকপা, সাহিত্যবন য়োরকপা, কবিতা কুণ্ড য়োরুরব্রা; কবিগুরু দর্শন ফংঙুরব্রা?"

ঐনা ইঙক নোম্না ভক্তি উত্তুনা খুমজৈ—"ননাই তোল্লবা ওইবনা চঙনফম লম্বী খঙজদ্রে; ওজানা অমুক্তা চানবিরম্মু, গুরুগী চরণ ফংহনবিয়ু।"

কমল চাউবা অনীনা ঐবু খুং নামা নামা শম্বীহনা উমং অত্থগী ময়ায়রোমদা পুশিনবী। ঐনা ইতীক ওইদে খন্দুনা হুং ওইরপ্না লৈথজৈ, নোল্লকপা রাহৈনা হঙ্গৎচৈ—"ওজা অনী মাঙদা লেঙবিয়ু, ননাই থৌগল ইঞ্জগে।"

উমং অত্থগী ময়ায়দা থম্না থম্বাম্না লৈতেংবা ফজথ্রবা কুণ্ড অমা লৈরম্মী। কুণ্ড অত্থগী মপান্দা উফুল রাইফুল তৈবা সাধু-বাবা কয়ামুক চেং থোইদিং কত্তুনা যজ্ঞ তৌরম্মী। ময়াম অত্থগী মরক্তগী হকচাং কায়াৎ পুম্নমক নোংথাঙগী ঈচেলগুম লংবা চঙখোল্লবা মহাপুরুষ অমা থোরকই। মহাত্মা অত্থনা কমণ্ডলুদগী জল লৌহুনা ঐবু শেংদোকপিরগা মচীন্দা মন্ত্র থীর থীরত্থনা ঐগী লাইবক্তা হুংশিনা শিন্দুর নম্বীরম্মী। ঐনা হঙ্গৎনা য়েংখিবদদি ওম্হোকপনি, সাধুবাবা অত্থ অতৈ ওইরমদ্রে—অত্থঙৈ উজ্জয়নী সহরদা পোকখিবা, পৃথীবীদা ফাওথ্রবা মহাকবি কালিদাস ওইরম্মী।

ঐনা মহাকবিগী চরন্দা তাত্থনা ভক্তি কৎচরুরগা কুণ্ড অদোম্দা য়েংশিনখিবদদি ওম্হোকপনি, ঙসাইগী সাধুশিং অত্থ অম্ভোপ্না

অমত্তা ওইরমদ্রে—জগত্তা শান্তি য়েল্লম্বা, পৃথাবীদা ফাওগ্রবা কবি ঙাক্ত ওইরম্মী।ময়াম অদুগী নরক্তা ইংলণ্ডগী রাডসরার্থ, রুসিয়াগী ওমর খয়াম, ভারতকী রবীন্দ্র পূন্নমক শুনা য়াওরম্মী। পূন্নমক অদুগী ময়ায়দা পোক্না পূমণো ঙৌরবা কবিগুরু বাল্মীকী অসি কুশগা আসন অমদা লেঙশিন্দুনা লৈরম্মী।

ঐনা ঙক্না ফি য়েক্তুনা দণ্ডবোৎ শাংনা তারগা কবিগুরুগী চরন্দা খুরুমজৈ—"নমোঃ নমোঃ গুরুদেব ! জগৎ শান্তি ওইহনবীয়ু।" চাউরবা মহাপুরুষ অদুনা ঐগী কোক্তা হুংশিনা নানবীরদুনা তাকপিরকই—"তথাস্তুঃ! মঙ্গল ওইয়ু ইপা, জগৎ শান্তি ! মহা শান্তি !!"

ওস্থোকপনি, ঐগী মঙ অদুদা কবিশিংগী মরক্তা ঐ ওস্থোক্না হুংঙাইজরম্মী। কমল চাউবা অনীনা পুবিদুনা রাডসরার্থকীদস্থু চৎলম্মী, সেল্লিগীদস্থ য়োরম্মী। কবিশিংগী লৈকোন্দা, কাব্যকুঞ্জ কয়াদা কোয়না কোয়না চৎলম্মী। ঐনা চৎখিবা খুদিংদা চেক্লা মচা কয়ানা উশা রাশাদা তোংদুনা খোইনীংগী শুরদা খোংলকই— "তাইবঙ যাত্রিক ! তাইবঙ যাত্রিক !"

মখোয়গী মতৌ উবদা ঐস্থ ইপেন পেল্লম্মী। হুংঙাইবনা থম্মোই থমহত্তুনা হীক্ল হীক্ল কপ্লম্মী। কমল চাউবা অনীগী মফমদা অঙাংগী মতৌগুম ওইনজৈ—"তাইবঙ লৈবাক্তা চৎলরোই, সমাজ লৈকাইদা হল্লরোই। মীচঙ কনবগী স্বর্গ ওইবা, মতু শোনবগী নরক ওইবা; অচৌ পিশক খুবী খুনাউ, খেন্নব মক্তনা থল্লবা তাইবঙ লমদম পামজদে। গুরুগী চরন্দা হঙ্গৎপিয়ু সাহিত্যবনদা লৈজগে।"

কমল কবিনা হায়রকই—"তাইবঙ যাত্রিক ! ন্থংশিদকো ইচাদি ! চৎলু চৎলু; শিব পুজা য়াওরুখো, কোন্না অমুক হল্লকউ ।"

মতৌ অম্নুন্না ঐখোয়না সাহিত্য বন থনম্নগা লাকপদা খর চৎলগদি লাইফমস্থ থুনা য়োশিল্লম্লে, ইকোক কোকপা ইতেম তেম্বা মফম অমা লৈরম্লে। মফম অতুদা মীনা কৃক কৃক হেক ইন্নরতুনা পিক হেক থন্না লৈরম্মী। মীয়াম অতুগী মরক্তা তাইবঙ মহাদেব ইবুংঙোগী রাং চাউরবা ফুরা অত্ত ঙোরোক ঙোনা খিল্লম্মী। মন্দির অতুগী মহুংদা মহাদেব ইবুংঙোগী শিলার মুর্ত্তি অতু ইরাং রাংনা নিল্লতুনা লৈরম্মী। শিব মন্দিরগী পুরোহিৎ অতুনা লাউরতুনা মীয়ান্না আকাশ অসি পোকথায়গদৌমখৈ খুন্নকই—

"তাইবঙ মহাদেবগী—জয় !
তাইবঙ যাত্রিকশিংগী—জয় !!
হিংচাবী তরক্কী—মুর্দাবাদ !
সাহিত্যপ্রেমীকী—জিন্দাবাদ !!"

শিব পুজা হোরে, পুঙ শেল য়ৈরে, বীনা যন্ত্রগী ন্থংশিরবা দেং দেং লাউবা খোঞ্জেন্না মায়গৈ তরা নিল্লক্লে। শিব মন্দিরগী শরীক অতুস্থ গাং গাং হেক খীংগৎলকই; মতম অম্বুদা ঐ মীকপ হেক থোকই। ঐনা মীকপ থোক্লকপদদি ওম্হোকনি, শরীক খোঞ্জেল অত্ত অতৈ ওইরমদ্রে; নোংঙাল্লমদাই ওইরতুনা গোবিন্দগী মঙ্গলার্ত্তি তৌবা ওইরম্মী। ওম্হোকপা মতৌনি ; ওম্হোক ওম্হোকপা মঙ ঙাক্ত মঙতুনা ওম্হোক্না কুইনা তুন্নুরে, মঙলান্নতুনবু শিরমগনি।

নোংঙাজ্জে লোংপোক্ত চীংদোক্লা শুমিং তম্রং তম্রং হল্লোরক্লে। অলোবা শুমিংগী ঙাওগ্রা নবা হুংশা মওঙাঙ্গা চরক হারক্তুন, হৈকোল লৈকোপসা, পুত্রী মপানগী চিনিচম্প্রা অমক্তা মুনা মুনা য়েংলক্লে। মমুকী থোগায় পুরা মাকংক্তু তপ্পা তপ্পা হমলক্লে, চীংজাউ লাংপোম কম্মাদগী লৈরাং লৈনম পুরক্তুনা থোইমুগী নাপদা পাইখ্রক্লে।

অমুকী ঙাওগ্রানবা হুংশা মওঙাঙ্গা চেক্লা মচা কয়ামা হৈপোল লৈপানগী মশাদা হরাওনা শাম্নবা উরগা ঐগী মঙদা উরম্বা 'তাইবঙ' চীংখোঙগী দৃশ্য নীংশিংঙি। শংবান্নবা অতিয়াদা তেনরা শঙ্খ পা ইরকপা উবদা 'শান্তি চীঙ্কোল' গী ভাব পোক্লকই। হুংঙাই হুংঙাই মঙলৈবাক, তাইবঙসিদা ওইদেকো!

মুবারাণীগী মপাক ওইরবা লৈবাকী শিক্ষিত সমাজগী মফমদা ঐগী মঙ অসি লীজরি। ইরৈবাকী থোক্নদোবা অরা-অনা পুন্নমক তাইবঙ মহাদেব ইবুংঙোনা লেপ্পা ঙাকথোকপিবা ওইরসু। হীরাকম চীংখোঙদা 'কল্লক-কঞ্জাইবী' মখা কোংতুনা মংগিবা অমানগী লোং 'শান্তি চীঙ্কোল' দগী হুন্নকপা হুমশিংনা লাপ্পা হমদোকখ্রসনু।

'তাইবঙ মহাদেব' ইবুংঙো! থম্বালগী লৈনা মরক্তা কুপ্লবা লৈরীক লোৎপস্নু নংগী খুৎশেমনি হায়বা তাজে। তুরেলগী ঈচেল খোম্নোবীনা তাইবঙ থরাই য়োকপস্নু নংগী থৌজাম্ননি হায়নে। বসন্তগী হানৌনা ভগুপ তরেং নীংথিবস্নু নংগী মোমোন

### ...ংজোল

...নাকৃনি হায়নৈ। শজি... ...ংশিংনা উজাউ কয়া মরু ফুকপা ...ম্মী নোংনা নোংখোঙ কুং... হৈথরক্লরদা নোংথাঙনা খবেং খবেং ...বা, নোংদোম... অথাক অরাউ তমহুনা থাক লাউনা ট্রং ... ...রক্লিবা বজ্র অসিস্থ নংগী তৌবা ঙম্বা নতীব উৎপনি হায়নৈ। উৎপিরো নংগী পাঙ্গল, মাঙহনবীগ্রো তাইব হেল্লোয়; ওইহনবীরো মালেম অসি নহাক্কী 'শান্তি চাঙ্গোল' কল্লকপা, য়েংথীবা, থম্বনবা, নাপল, পূম্নমক মরু কংনা মুথৎপিগ্রো মুংশিবা, চাম্নবা, হয়াউমিম্নবা, লিংখৎপিরো তাইবঙ লৈবাক্তা মুত্তিগী লমহাংদা চাক্তারিবী চেক্লাশিংগী চীঙাক হুনবীরিবা নহাকনি থৌজানগী ঈরীক থীকপবিরক্লো, ননাই তাইবঙ যাত্রিকশিং য়োকপিরো।

'শান্তি চেক্লা' মুংশিবা ! 'তাইবঙ' চীংজাউগী করা লোকমুংদা লোত্তুনা লৈবগে নহাকপু। খোংলক্লোগবা নখৌ পোঙন 'তাইবঙ' চীঙ্গোলসি নিলহল্লু। নংগী খোঞ্জেল তাবদা কংলা আরবকী মরুভূমিদা থম্বালগী লৈয়োন থিনগৎলক্কনি, কবিতা কু চোংথৎলক্কনি, সাহিত্য লৈরাং শাৎলক্কনি। মতম অহুদা শকচা নংগী কোল্লোয়, মুংশিবী।